# কিশি কিহৌদ্রবা
# কুন্দো পারেং



লাইতোনজম **নীলমণি**

# কিশি কিহৌদ্রবা কুন্দো পরেং

## ꯀꯤꯁꯤ ꯀꯤꯍꯣꯗ꯭ꯔꯕ ꯀꯨꯟꯗꯣ ꯄꯔꯦꯡ

***( Broken Nuptial Knot )***

**ৱারি মচা**

শ্রীলাইতোনজম নীলমণি সিংহ
সাহিত্য ভূষণ

অইবা, লূপ, হোজাই, আসাম

***"KISHI KIHOUDRABA KUNDA PARENG"*** **(Broken Nuptial Knot) a book of Manipuri short stories collection written by LAITONJAM NILAMANI SINGHA 'Sahitya Bhusan" Manipuri Basti (Rajbari) Guwahati - 7 , Assam Published by Aaiba Lup, Hojai, Assam**



| | |
|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | ২০০৯ ইং। |
| অফোঙবা | অইবা লূপ, হোজাই, আসাম। |
| নম্ফম | বিন্দু প্রেস, লামডিং, আসাম। |
| ডি টি পি | শ্রী শংকর সরকার (জয় গুরু ডি টি পি পোইন্ট) কালিবাড়ী রোড, লামডিং (আসাম) |
| মখুমদা | " ইচেম্মা " |
| মমল | লূপা মরিফু তবা মচা। |
| ফংঘম | মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল [illegible] সাহিত্য [illegible] হোজাই আসাম। গণেশ বুক স্টল ইম্ফাল অমসুং। [illegible] মপামর্কীদা। |

([illegible])

# —ঃ হীরম লমায় ঃ—

## অইবা লূপ হোজাইগী
## সভাপতিগী বাহৈ খরদং ঃ—

হৌখিবা ১৯/১১/২০০৯ ইংগী য়াইফগা মিকুপ্তা লিংখৎখিবা অইবা ল হোজাইনি। যাওরিবা লৈবাকমচাশিংসি অইবা ওঝা ভাক্তনি হায়বদা থোইনা হাযজিন থোক্লোই। ফিদমনাই ওইবা রাফমদি লাইবিক ফোঙবনি। সাহিত্যগী পুক্কে চাউ হন্বনি। তৌনবা খঙবা মীওই অমনা লাইরিক ফোঙলকপা মতমদা মতেং ওইনা শব পুখৎনবগা খুদোংচাবদু লৌহন্ননি। অদুবু মীওই অমনা লাইরিক অমদগী হেন্না ফোঙব হক কনাদসু শিন্নদে।

লূপ অসিনা ২৬/১/২০০৯ ইংদা অহান্না খুদোন তমখিবদি শ্রীনোংথো ইন্দ্রকুমারগী "তেখাও লৈরাং" কৌব শৈরেং লাইরিকনি। লূপকী শঙ্গাখিবা পোৎকর্ লাইরিক অসিনা ফোঙখিবা নুমিৎতা বারেপ তাখিবা মতুং ইন্না অনিশুবদা ফোঙগ লাইরিক্কী মমিং শ্রীলাইতোনজম নীলমণি সাহিত্য ভূষণগী খুৎইদা লৈশাং তম্লকখি "কিশি কিহৌদ্রবা কুন্দো পরেং" মীংথোন্না রারিমচাগী লাইরিক অসিনি।

হায়বিবা লাইরিক অসিনা মণিপুরী সাহিত্য লৈকোনদা লেংদ্রবা মফম অ কন্নতা নত্তনা হীরম অসিদা অনৌবা মঙাল অমা পীবা ঙমগনি হায়বা ঐহাক্কী অচে থাজবনি। অরোইবদা অপাব-অপারী খুদিংমক্কী নুংশি মীৎয়েং চিংশিনজরি।

হোজাই
৩১/১/২০০৯ ইং

ময়ামগী
শ্রীথৌদাম বাবাতোম্বী সিং
সভাপতি
অইবা লূপ, হোজাই, আসা

# অইবগী ৱাহৈ খরদং

কিশি কিহৌদ্রবা কুন্দো পরেং হায়বা ৱারিমচা লাইরিক অসি ইশাগী ওইনদি কুন মাথোয় শুব লৈকাদ মমি তন্নরকপনি। ইদুনা লৈখিবা কুইরবনি। চুসি মচৌ কুনমুক্কী মমাংদা মপুবোইবা লৈনা লৈনা কায়নাদুনা লৈজবিবী মৌ নহা অমগা থেংনখি। মাগী ইহৈ হৈনিংদনা লৈবা পুন্সিদু উরুরগা ঐনা হংলুবনি। মদুদা মানা খুন্নকখিবা ৱাহৈ খরদু থম্মোইদা অদুম্মক লোৎতুনা থন্নকখিবদগী ময়ামগী মফমদা খঙহন্নিংদুনা লাম্হোকচবনি । ঐ নঙগী কনানো অমসুং ইন্টরভিউ হায়বা ৱারিমচা অনীসিনা গুৱাহাটীগী ইচেম্মা মেগাজিন্দা. নুংশি খুদোলনা ত্রিপুবাগী মরূপতা শন্নননা হোজাইগী ব্রহ্মপুত্রদা. থেবনা অনৌবা ঈচেল. অপাইবা থৱাইনা মতমগী খোম্হাংদা অমসুং কিশি কিহৌদ্রবা কুন্দো পরেং হায়বসিনা খুনগৎলবা লিক্ক পবেংদা থৌগল তৌজখ্রবনি। অদুবু ঐনা হাযজনিংবদি ওঝাশিংনা পাবদা খরগা খুৎলোইনবা হায়দুনা মযেক্কী হাপতোক হাপচিন খর তৌজখরে । মদুগীদমক ঙাকপীগনি।

মথংদা ঐনা যান্না থৱাই তাব শক্তম অমা ইচেম্মা মেগাজিনদা থেংনবদগী ইডিটর ডাঃ ফুরিৎসাবম বীরমণিদা হায়জরুবদা তরাম তরাম অয়াবা পিবিবকপদগী মখুমগী অৱাবদু থেংনজহৌদরে । মদুগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচরি। ডি.টিপি. তৌদুনা ইতেং পাংথিখিবা শ্রীশংকর সরকার জয়গুরু ডি.টি.পি. পোইন্ট. বিন্দুপ্রেসসকী মেনেজার অমদি কর্ম্মচারীশিংনা কুপ্না য়েংশিনবিখিবদগী নিংজরম্না আশাদু মপুং ফাহন্না ঙমখিবনি অলিকপা মতমদা তহা তহা হোৎনখিবনা ফজবা অথিবগী ৱাহং অমা মীপুমগী থম্মোইদা লোৎতুনা লৈখরে। মদুগীদমক ঈকায়খুম্নবা উৎচরি।

অরোইবদা নৌনা লিংখৎপিখিবা অইবা লূপ মীংথোন্না সংস্থা অসিনা ফোংনবগী খুদোংচাবা পীবিরকপগীদমক শিংবা ঙম্মরোইদবা লমন তোনশিনজরবনি। অপাবা ওঝাশিংগী নুংশি মীৎয়েং থম্বীরক্লবদি ৱাজমনগী মহৈ য়াম্লে খনজগনি॥

গুৱাহাটী ময়ামগী

২৬/১/২০০৯ ইং লাইতোনজম নীলমণি

# কিশি কিহৌদ্রবা কুন্দো পরেং

অমম্বগী শাল্লবা মমিনা কুপশিনখরে তাইবং। পূন্নীল নিল্লক্লি সন্ধ্যা য়াচঙবদু। ৱাতোনথক্তগী শক্লকপা মাইক্কী ঈশৈনা লৈকাই থুংনা খঙহল্লি নোঙাল্লগা প্রোমিলাগী লুহোংবনি।

সন্ধ্যাগী লাই থাউমৈ থাল্লম্বী মেম্মানা মনা থাংগত্তুনা তায়। ইমুংদগী মমানা কৌরকপদুদা খংপ্রেক খংই। প্রপ প্রপ চঙলকই মমাগী নাক্তা।

মেম্মা। মাইক খোংলিবসি করিগীনো খঙলবরা? মমাঙ লৈকাইগী প্রোমিলা লুহোংবগীনি। নঙবু অয়ূক্তগী থারক্তবা য়াদে হায়হৌই।

করিসু খুম্লমদে মেম্মা। ঙইহাক লেপ্লম্লগা চাক থোংবগী চঙখ্রে।

শিবা ঙমদনা লেল্লিবা মেম্মনা হকাম চল্ল চল্লদুনা পুন্সিগী নুমিৎ মশীং থীরক্লিবদু

অসুম অসুম পিরাংনা কূপশিল্লকখি। নোকচবা ঙমজদে ঙমজদে থম্মোইগী ৱারোল ফোঙদোকচবা। মহৌশাগী নীংথিরবা খুলোন্দু তূক্কচরকপগুম তৌই মেম্মা। চাক চাবা তোকপগা তূম্বা চঙখ্রে মমাদু।

মেম্মা, মমানা তূম্লিবা ফমুংদুগী মচি অমদা তাশিন্দুনা ফম্লগা মীহূৎথোঙগী অহোবদা অহিং লাইরেম্বীগী শক্লোন্দু মমিং থীৎনা য়েংলকই। ৱাখলগী ঈপাক্তা তাউরিঙৈ, নোংমা অতিয়াগী থাজনা মঙোন্দা য়েংলগা নোকখিবদু করেম্নরিবোই খল্লক্লে। হোংৎনখি কয়ারক বসন্তগী লৈকোলদা মপুরোইবগা কেকুলোৎপী শাম্নরিঙৈ থম্মোইগী মঙলান মপুংফাহন্নবা। অদুবু মপুরোইবনা তত্তনা চিংথখি নুংশি ঈরোলনুংদা ।

নুপী ওইবীনা মচা নাউরোল তাদ্রিমখৈ ময়ূর পানবগী তঙ তাদে, মমোন য়াংই হায়নবদুগী চৈনাদু মঙোন্দসু শরুক থুংবিরক্লে। নীংশিংই অঙাওবা ঈথক ঈপোল্লক্তা ঈরুপমিন্নরগা থম্মোইগী লৈনাশিং হাইদোক্তুনা সনা থম্বাল চাম্ম নিপান থিমিন্নখিবা।

ঈচেলগী ৱাংমদা ফম্লগা শন্নখিদ্রবা ৱাখল অনীগী মপুং ফাখিদ্রবা নাচোম অমুকসু মনা পানবা ঙল্লকখিগদ্রা থাজরি। পিরাং শিন্থরক্লি ঈরিক্কী চফূ কায়রক্তুনা। মচোই মচোই কেনখরে শনরিক

পরেং-মপুরোইবনা নোংমা নুংশি খূদোলনি হূকখিবা। মঙ লৈবাক্তা তিনখরে লোইনা।

খঙহৌদনা কেল্লকখি মপি চদুম চদুম। অমম্বগী নোংলৈ নুংশিংনা হুমদোকখিবা ঙল্লমদে। অদুঙৈ মৌগী শীংদা চল্লকঙৈ ঈকাইবদগী ফিরুক খুল্লগা খাঙখিবী মেম্মা, অহীং কয়া তূম্বা চাবা কাউর চীন্দিন্নবদা অপেনবা লৈখিদ্রবী- স্মৃতি পূম্বা থম্মোইনুংদা কনা খঙহন উহন্দ ফিথুপ নাইনা থূপ্লগা লোংখিবনি। অদুবু ঙসিদি ললথুংদবীগী কোমফুদা পুংথদুনা করিনুংগীনো খল্লক্লে।

" মেম্বা। তূমদ্রিবরা ? করি তৌরবগে ?"

" করিসু তৌদেদা ইমা। মঙলাক্লগদবগী তৌরকপদুদা মীকপ থোক্লক্কুনা ফম্লগা শ্বর হোন্হনবা হৌংনরম্লিবনি।"

তূম্বা থেম্মু। মংগ্রেম হাগ্রেম্নবা ওইরিনি ইচাসিদি " হায়রগা চেপথোকখিদুনা অমুক তূমথখ্রে মমাদো।

মেম্মা তূম্বা য়াদ্রে। ঙকশমদা হূকখিবা কুন্দো পরেংনা লৌনম তৌখিবদু কাউবা ঙমদ্রে। চিংনরকখি কুন্দো পরেংদুগী অরোইবা মচীন অনীদু কিশি কিহৌদ্রবনরা? নীংশিংদবা ঙল্লমদে নুমিৎ খরনিতা ওইরবসু লৈমিন্নখিবা মপুরোইববু। ঙসিসু থম্মোইগী মপুনি খন্দুনা ঈরাংলি কনা খঙহন উহন্দ। মহৌশাগী শিংলি

নাউরি খূদিংদা চেল্লিবা ঈ-গী ঈচেল ঈশিং ওনখরে। মথ্বায় য়ৌনা নুংঙাইতে মেম্মা। লাক্লম্লগা থম্মোইগী চেক্লা ওইনা হনখিবদু নোংলৈ নুংশিং ওন্দুনা। লৈশাং ফংতে নোক্লখিবা ওইরম্লবদি কনাগীসু শান্নফম ওইরম্লোই। লৈনম চেন্দে মিতারমদ্রবসু কনাগী মমৌ ওইবা ঙম্লম্লোই। কেনখিরম্লোই চোইজাইনন থম্মোইগী লৈনাশিং লমনৌগী তিংখংলক্তা।

নোংমগী ৱানি। সন্ধ্যাগী লাই থাউমৈ থাল্লিঙৈ লৈশাবী মচা অমগা থোঙ্গাল্লোমদগী চঙলক্লম্মী মাগী মপুরোইবা। মনাক য়ৌরকপদা হায়রকখি "নচেমহলনি খুরুমউ, চাউবিতোন।"

ইঙক ঙকই মেম্মা। লাই খুরুম্লগা হৌগংতুনা চংকে তৌরকপদা চাউবিতোন্না চঙশিল্লক্তূনা খুরুম্লকই।

পুন্সিগী অনৌবা তাংকক অমনি মেম্মগী। মঙলা তাইবংলা হায়ফম খঙদনা ৱা মচেং অমফাওবা ঙাঙবা থোকখিদ্রে মেম্মা। ইমুংদা চঙলক্লগা ফমুংদা তপ্পা হীপথৈ. মতমগী য়াওলনা অঙকপা ফংনা লক্লবা হৌরকখি। নুপী অনী লোনবগী মচে হায়বদু ওইরক্লে খল্লুবদা কোকচাউবী কাখিবা খঙহৌদে।

চাউবিতোন্না চাকখুমদা চঙখিদুনা চাক থোংগৎপা হৌখ্রে।
"ইচেম্‌হল। চাক চামিন্নরসি, হৌগৎপিরো।"

খংপ্রেক খংই মেম্মা । মমা মপানা লুহোংফান তরেৎলক কোয়হল্লগা কুন্দো পরেং হূকহন্দুনা অওং অউন তম্লগা শিন্নরকখিবা মেম্মনি। অকোয়বা খুলশিংদা লৈরিবা ময়াংশিংগী চৎনবী, লুহোংবদা নুপানা নুপী ময়ূমদগী অউনপোৎকী চাউরবা শেনফম তানবগী চৎনবীদু লামশিল্লগা লুপা লীশীং য়াখ্খেগী শেনফম অমা মপুরোইবনা অউনপোৎ ওইনা তাল্লকপা দাবীদু মমা মপানা পীবা ঙমখিদবদগী মাগী মথক্তা অনৌবা পোৎলুম অদুমসু থোংগৎলকখি। মেম্মনা খঙই মদু মাবু তান্হোরক্লগা মনাওনুপীদুগা লৈমিন্নহৌনবনি হায়বা। অদুবু পোৎলুমসি মেম্মনা করম্না পুবা ঙমগদৌরিবনো ? লৈচিন মরক্তা অহিংগী লীক্লা খূজোকরা থৌনিজখি থৌজালহৈবগী মফমদা মপুন্সি লেনবা ঙম্নবা।

ইজজং দাবীগী শেনফম ওইনা মপুরোইবগী মথক্তা কোর্টতা থাংগংখিবা কেস অদু মপানা ঙম্লকপদগী লূপা লীশিং হুস্ফু হনবা তারকখি মপুরোইবনা। অদুবু মেম্মগী কায়খ্রবা থম্মোই মিংশেল অদুদি শমজিন্নবা ঙমখিদ্রে কনানসু।

মপুরোইবা হিংদুনা লৈরবসু লৈমিন্নবা ফংখিদরে। অদুমক ওইদুনস্
নুংশিবা চাম্মগী মীনোক মথম্মোইদা ফুমখিবদু পৎলমখিরোই
থাজরি। ইচম চন্না লেন্নবা হোৎনরি। অমুকসু তৌফম থঙদ
মরাইবক্তা খূৎতুন্না শুরদুনা খাঙজরি।

লৈকাই লান্না চৎখিদরে মেম্মা। কুম্মৈ য়েংবা হৈরক্রে
নোকপা হায়বদু খঙলক্তরে। লৈকাইদী ফুঙ্গা বারী ওইরক্লে লমচৎ
নাইদবীনি মরাল শীবিদুনা। মেম্মনা খল্লকখি, "নুপী ওইবীশিংগী
মং মপামদা নত্তে। অৱা অনাগী চৈনা কয়া খাঙদুনসু হিংবগী
লম্বী থিবা তাবনি। মপামদা হল্লক্তুনা লৈনরিবা লিঙেোলদি লয়্
মখোঙদা তারিবা থরোই অহাম্বগা পাংখক্লি।"

তাঞ্জা অদুমক্তদা মালতিনা হায়রকখি, "মেম্মা। নঙগী
নরাইবকসে করম্না শূম চাখ্রিবনো? নঙনা লোয়নবা হৈহৌদবদ্গী
থোকখ্রিবা ওইরিনি। নিপাবু নুপীগী খূদোম্বীদা চত্তে হায়বরো?"

"ইচেম্মা। মফম হোংবা য়ারবসু লাইবক্তি হোংবা য়াব
নত্তে। নোংথক্তা তিন শীৎকৎলগা ইথক্তা অমুক তারকপদ
হৌনশানি লায়রবগীবু ফজফম করি লৈবগে?"

" হোয়নে হোয়নে। নঙনা ঙমজরোনে। নীংঙমদবগী
চোইরোল লোনবনিদা " হায়রম্লগা মমায় লয়থোক্লগা চৎখ্রে।

থোইনা খল্লুদে মেম্মা। অদুবু তখেল্লেগী ৱাহে খরদুদি কাউবা ঙমদনা থল্লুংদা নৈশিন দুনা অদুম্মক লৈরি, "মেম্মা, ননাউ নুপীদো তান্থোকখিবা য়াদরা ? মীগী চাক্লুক মুন্দুনা চাগনি খল্লিবা মাবু তৌবা ঙম্বী নত্তে কনানা হায়গদৌরি ? লমচৎ নাইদবী মাগী লৈফম নোরোক কুণ্ডদা ওইফম থোক্ত্রা? মীগী মপোৎপু অদুক য়াম্লা মিতাজবা, নাম্মা হাঙনা লৈবা ঙমদবী মাদি পোৎফম ওইনা ফম্লগা ললোনবা য়াদে হায়বরা?"

"ইনাউদুবু তাথিনা তৌবিগনুদা ইনম্মা। লান্না লৌরোইসি কৈদৌগে? খূবাক অনী খূমিন্নদনা করম্না মখোল থোক্কদগে? ঐগী মীনা হুলাল্লুবা ওইরিনি। পকচরে হায়বগী পঙাঙতা ঙাঙবিরে।"

" ননাউনুপীবু অমুক্কসু কনখৎনীংলিবোইরে? লাল্লেনে ঐখোয়না। নুমিৎ খরনিতা ওইরবসু লৈমিন্নরম্লবনিনা নুংশিদে হায়বরো?"

"অদুগী নত্তেদা ইনম্মা। লান্না লৌবিরমাল্লে হায়জবনিদা। ঐনা ফরম্লবদবু লৈমিন্নবা ঙমদে হায়বরা? লোক অমদা কৈ কয়া কৃনমিন্নবা থেংনরিবসিদি.. অদুগী হায়জবনি। শাউবিগনু।"

থৱায় হকচাংবু মুনগদবগী হোৎনরক্লে। তঙায়ফদনা লেপ্পা ঙম্লক্ত্রে। লক্কররি থম্মোই মৈচাক্লা। মাঙ য়েংই হাঙই,

তুংদা য়েংই নুংনাংই। অনৌবা লৈকোল অমা মরুভুমীগী মৈথক্তা শেমগদবসু হৈনিংলুদ্রে। থম্নুংদা শরাক শান্নরকই মৌ অনৌবী ওইনা থিনজিনখিবা অহীংদুগী ময়াই কারবা লিলদুগী মহূনা। শনজীংনা নন্থখিবদা ৱাখিদ্রবসু ঙসিদি মালংবগী শহুম ফংবদা খাঙবা ৱারে। খোরান তারে হোম্লবা থম্মোই। শীকংনরে লৈক্রক চৎলবা মায়থোঙ ।

" মেম্মা। নঙবু করি তৌরবগে? নমায়দু মায়হীংনা কৃপখিদৌরে। নয়াঙনা কংলিবা! নশা ঙমদ্রবরনে?" লৈহাউনা হংলকপনি।

"করিসু তৌদেদা ইনে। চানীং থক্লীংদবদুদা নীংথিনা পূক্তা চফম তাহনবা ঙমখিদবনা য়েংবা নুংঙাইতবা ওইরিনি।"

" মেম্মা। কান্নদবদা চিন্তা য়াম্না তৌরুগনু। নশক নতৌ য়েংলে অয়েকপা লাইগুম্লা ফজে। বিদ্যা হায়রা ৱাৎপা নত্রে। নঙগী করি ময়েং তাফম থোকপগে? চহী মতাংসু তনৌ-তনৌরি। ইমৌসিদি অফবা মফম য়েংদুনা মকোল অমা শেম্লগা লোইরেদনা! হন্থনা খক খল্লুগনু। চিন্তাগী লায়নাদি লায়েংবা ঙমদবনিকো।"

" অহানবা খোঙফম্মক্তদা মায়থীরগবু! ইরাইবক্লীনিদা ইনে। ঐগুম্না পুন্সি লেম্নবসু য়াওরমগনিদা! সংসারসিগী লূম্লবা কোকথোং

অদু পুবা ঙম্নক্লোই খঙবনা থৌজালহৈবনা শীনবা থৌশিল ওইরিনি। করিসু খনবীরুনুদা ইনে। অসুম্না অসুম লৈবসিনা থোইনদুম নুংঙাইরেদা। নীংঙমদবা হায়ববু ইচাগী নাউশুম ঈশৈ শকপগী খুদোংচাবা ফংহৌদবা অদুতনি। মমা হায়বদু ওইজরম্লবদি.....।"

মোঙ হাদবা পাউখুমদুদা মনেদু হনখ্রে।

থম্মোইগী অথূপ্পা মফমদা অকুপ্পা মরোলনা ইখিবা ময়েক থোক্লুবা কবিতাশিংদু মদোম পাবা হৌরকই মেম্মা। থম্মোইগী ময়ি চৎলবা লৈমায়দা লেপকে তৌবদা অমুক্তা লেপ্পা ফংখিদে। কংলবা দিহেনা তাব ফংলক্তে থরা য়গী মীকপ। উবা ফংলক্লে থম্মোই ঈচেন্দা মবুক তপ্পা!

খঙলক্লে মেম্মা। মাগী মপুরোইবনা শেম্লম্বা খোং মচাদু শীকংনরক্লে, লায়থুং পক্লক্লে। মদুগী ঈচুম্না কনাগী খূয়া য়ৌবা য়াররোই।

অদুগুম্লবা রাখলগী মৈশানা নারবা মীওই ওইবনা লৈমায়দা চোয়না তাখি কুন্দো পরেং .....।

- X -

# ঐ নঙগী কনানো?

"করিগী নোক্লিবনো?"

"অদুমগী....."

"ঐনা খুদি থিবদগী অনাব খাঙবদুদা নঙনা নোক্লিংলিব.........?"

"অদুগী নত্তেদা। হৌখ্রব থৌদোক অমা নীংশিংঙক্লুনা.... ."

"ঐগুম্না নামনখিদুনা পৈথোক্লগা ঈকায়বা খাঙগিবদো...... নোক্লিংদে হায়বরা......। নঙগুম্বা মীনুংশি খঙদব, থম্মোই পান্দবা মীনবু। ঐসু খঙলিপোৎনি।"

শাউনা মমায় লৈথোকখি চাউবীতোন। মপুরোইবগা কামপুরদা চৎমিন্নরুবদগী হম্মীন্নরকপনি।

চীংলেম্না ব্রা নোৎলকই- "থম্মোই পান্বরা পান্দবরা হায়বদুদি নয়ুমদা লৈরিঙৈ হংনহৌগদবনি। নঙদি শঙহৌদ্রবা........? মীৎচিনা খজিক্কুং য়েংথোকখিবদা লোইনা খঙবা ঙস্বী নুপীনবু........? অদুত নত্তনা নিপাদুগী মরমদা অঙাং ওইরিঙৈদগীনা হৌজিক হৌজিক ওইরক্লিব ফিভম অদু ফাওবা লৈকাই মমা মন্দোন কনাদগী কুপ্না খঙদোক্লবা হোৎনৈ হায়নৈ। নঙদি থবক চিম্নখিদুনা করিমত্তা নঙহৌদ্রবা.......? মদুমক্তি নুংঙাইতেদনা। অদুগা নঙগী ননাকোংদা ঙসাই বসতা ফম্মীন্নরকখিব ময়াঙ নিপাদুনা করি লাইব্রা কামশিল্লকখিদনোনে চুম্না ফাওবা চৎপা ঙম্নকত্রিবসে.........?"

শাউনা তনখুম খুন্নকই চাউবীতোন- "করিবু? নওগুন্না লমচৎ নাইদবা মীনি খল্লুরবোইরে ঐসে। ইরাইবক্তা তমখ্রবনি খন্দোকপদগী অদুক তাথিনা তৌবিরিবমক্তদা শিব ঙায়বা ওইনা খাঙলিবনি। কনাদদি তায়নরুনি....."

"হোয়নে হোয়নে নওনা খিৎত ঙমজরোনে। নপূক্লিং শেংদ্রবদি নোক্লিংবগী মরম হায়বীগে তাও- "সনাজাউবনা মাগী নুপীদু মশান শুপ্নগী পান্নমদে। য়ানিংদ য়ানিংদ মপা মমাগী য়াথং ইন্থনি হায়দুনা লুহোংলম্মী। নোংমতা মাগ কোয়থোকমীন্ননিংখিদে, থৌশাবীদে, মীৎচিনা ফাওবা হন্না য়েংবীদে।"

চাউবীতোন্না মরক থৎতুনা হংলকই- "ঐগুন্না নুপীদুসু মরাইবকথীরবীনিয়ে..........?"

"কনান খঙগনি মদুদি। নুপী ওইবীগী অঙ্গদা মচু কয়াগী শকলোন লোৎপা ঙস্বগে হায়বদুদি নখোইতনা খঙলিগনি। অদুদগীদি......."

হায়বা নংহৌদ্রিঙৈ চাউবীতোন্না মরক থৎলকই- "অদুদগী মরূপতুনা য়ূ তপ তান থকচিল্লগা ঙাওরি ঙাওরি হল্লক, মশিঙগা থোকপামখৈ ফুবিরকপদা ঐবুতদি ইম্বোকপীনু মখোঙ কোন্দুনা কপচবা.........?"

"মদুগী লম্বী য়ৌদ্রিঙৈদনিদা। নোংমদি করি খল্লুদনোনে খঙদে মীতৈলোনগী ফিল্ম লাকপদা য়েংবা চৎমীন্নরম্মী। মাংদ নুপীদু তুংদনা মরূপতুনা। মখোঙনা চৎলিবা লমশাংদু ৱা মচেৎ অমত্ত ঙাঙনরমদে।"

"মখোইগী মরক্তা খল্লগা চৎলিবা মীশিংদুদি কনা কনানো হায়খিদরে। ফনা লাপ্পা চৎনবনিনা চৎমীন্নদবগুম খন্দোকপা ঙম্লরিগনি। নত্রদো...?" চাউবীতোন্না হংলকখি।

"মদুদি ঐ খঙদেদা। মানসু তম্নক্তে। নঙগী কল্পনানা ফজনবা মরক অহোবদু মেনশিল্লো। সহরগী কুনাথেক অমা য়ৌরকপদা পাখং মচা অমনা কন্না থেংজিল্লকখিবদগী নুপীদু তুগদগী তৌরকই। নামনখিদুনা মফি-মরোলগী উফুল কহোকপা শাজিন্ন অনাব মফমদু নাল্লকই। থেংলম্মীবা ময়াং পাখংদুনা খর চখৎখ্রগা তুংহন্ন য়েংল নোক্লকখি। মখোই অনীগী মতৌদু মরূপ অদুনা কুম্মে ওইনা য়েংলগা নোক্তুনা খাংলম্মী। নুপীদুনা কিথুপ-কিরুম য়েংথোক্লকখিবদা মপুরোইবনা নোক্লম্বদু উরুরে। শাউমনখিদুনা ঙাঙলকখি- "করি তৌরগেদি হংদ্রদুনা নোক্লিংবসু খাংলম্মীবোইরে।"

চাউবীতোন্না অমুক্কা মখা শমদরকই- "মতমদুদা মরূপতুনা নোংশা মম্মীৎকুম তরাও তরাও চাথোক্কদবগুম য়েংলকখিবদো........? নুপী অদু নঙনদি কনান নুংস্থৎনা খঙলমগনি.......? কা চারস্না থোক্লবদি হুমুক খারে হায়দুনা শোইদনা ওথোক্লিগনি........?"

"নঙগী খুদক্তা শাগৎপা ঙম্বা তরঙগী দলাল অসি নুংশিৎ শিৎতনা কিস্থরক্লে হায়মি। শ্রীমতীজী খল্লিবদু ওন্ন তৈনরে। শাউবদি থমথদুনা হৌনমুক নোক্লগা চীরোল্লকখি- "ঐমক্তা পামদরে হায়দুনা খন্দোক্লগা থল্লিবা নঙ অস্বিু তাইবঙ লমজাউসিদা অপাম্বা মীসু য়াওরি হায়বা খঙলকপদগী ঐসে করম্বগী নিপানো খন্দুনা নোক্লিংঙুরে। কাংখদা তাদুনদি লৈনবরদো.......?

"লাইনা শেম্লক্লবদি মাগী মরাইবক্তসু শোইদনা অমদি তম্বীরিবনি। ফজবা-অথিবা, লাঈর য়েনাকখুম্বা, পুকচেল পিকপা-চাউবগী বাতনি। মরূপতুনা খজিক থিন্না খঙলক্লিবদুদি নুংঙাই ফাত্তেদনা? নিপানি মপাঙ্গল ফরে হায়দুনা খুদুপ মরিগী ফনেক থোঙলিবীশিংদতা মরিংজেল অখাব পুথোক্তুনা উৎপা ঙল্লিবা মখোইদুনা........?"

বসতগী কুমথরগা পোৎ লৈরিঙৈ করেম কথায়ননা লক্লগদগী তৌরকখিবদু ইমাঙমক্তদনি। মখোইদুবু মশাগী মমল মশান থম্বা ঙম্নরি করম্না হায়গনি। মখোইগী মীৎয়েংদুনা নঙগী নশক ওম্থোকপসু ঙম্নরোইদবদুদা অদুক্কী খৌরাংনা য়েংলকখিব অদুনা তাকপদি মচল-মচা, মমা-মন্দোনবু মশক খঙনরক্তবগী লেংদ্রবা খুদম নত্রা? তৌবগীদি নুপী খুদিংমক্কা থল্লম্বসু য়াই-ফনাওম্বগী য়োংকুম্নবা মশান অমুক্তং থেংনিরক্লবদি কয়াগী নুংঙাইগবা? মদুগী মাথলদু থৌজালহৈবনদি খঙবনিনা মনাইগী নিংবা থুংজগ্রসনু খল্লকপদগী থেংহল্লকপদুদা শরদি নুংঙাইবা ফংলক্তনা মমীৎ অনী তগুপ-তগুপ পাংলেগা ঐঙোন্দা উম্নলিদরা হায়না য়েংথোরকখিবদো মাংদ খুদি থীারিবী নঙ অসিনি খল্লবগা নোক্লিংঙুরে. ......"

"ঐসে নঙ ওম্না অউ-অউবঙা পান্দা [illegible] খল্লুবাথোইবে। নঙ্গোমা অদুক্কী নুংঙাইরাগা [illegible] লেপ্তো হায়রকখিব রাদরা........?"

"[illegible] কদাইদগী। মী অমনা মথাব [illegible] ... ঐনা অমুক থুগায়রুরবদি পাপ পুরোইদবা? মনুগীসু মথক্ত নহাক্কি ঐগী হন্দোক্লুনস মাংহনরোইদবা অঙাং মমানি : [illegible] ঐখোই অনীগী। নুংঙাইবদা [illegible] য়ানিংলনবদি [illegible] খজিংখ [illegible] করিদি ময়েং তাং[illegible] থৈদুনা?"

"[illegible] মীহৌচাউবা নঙগা ডাক্তবা ঙমগদ্রা নত্তে। [illegible] ঐনা। অতৈ করিগা তৌজখোগে?" মনায় লৈথোকখিদুনা মখোঙ শেক্কৌ-শেক্কৌ চখৎলকই।

"কুম্মৈ য়েংবা হৈরগা কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্তনি হায়নবদু য়াম্না চুম্নমথরে। উশিত্তনা তৌখিবগী কাউবা ঙমদবনিদা.....? ভদ্রলোক অদুনা মমোন্দা শোল্লকত্রদবু নঙনা খুদি থিব হৌনবরদো?"

তুমিন তুমিন চৎনরম্বদগী থোঙ্গাল য়ৌরকই। অঙাং ময়ান্না চেঙ্থোরক্তুনা মিঠাই নিরকপদুদা মীকপ থোক্লরকখি। অদুবু মচীন পোম্না লাক্লম্লীবী চাউবীতোনদি শাউখিবদু হন্দরক্তবনা চৈহৎলম্মগা ইমুং চংখিদুনা ফমুংদা হিপ্লকখি। চীংলেম্না মখাউদগী মিঠাই পুথোক্তুনা য়েল্লকই। অমম্বনা শল্লকখিরম্মী।

মমানা য়াম্না ৱারক্তুনা তৌরিমাল্লে খন্দুনা মচা নুপী থোইনুহম্বীনা চাকথুমদা চংখ্রগা মমাদ চেঙ কয়াম্না থোংগদগে হংলকই।

মমাগী হায়বা নংদ্রিঙৈ চীংলেম্না খুল্লকই মফি হোংন-হোংন 'ইবেম্মা ! নমাদ মুন্না হংহৌখো। মী থুংলগদবা য়াউরম্বসু য়াই। হোরেন ওক্তদুনা চাক লোংবমুক তাররক্লবদি.........?"

ফমুংদা হিপ্লীবী চাউবীতোন্না কপ্লিং কপ্লিং হায়রকই-"থোইনুহম্বী ! ইমা চাক চানিংদে। নখোইগীতা ওক্লবা অদুম য়েংলগা থোংঙু লেমদনবা।"

চীংলেম্না চাউবীতোনগী মনাক্তা চংশিনখ্রগা অঙাংশিংনা তাখিদনবা তুমিল্লা হায়রকই- "লাইগী পরপসু নত্তনা চরা হেম্বা হৌনদে। নুমিদাং চরা হেঙ্লবদি পাঙ্গল শোৎথে হায়নবনি। নশা য়াম্না নুংঙাইত্রসু চখোম অমতদি য়োংতে হায়বরা?"

চাউবীতোম্না ও-খোংনা কপ্লগা লাউরকখি- "ঐত থুনা শিখিব লাই খুরম্মু- মনিং তম্না পালহৌনবা। ঐ নঙগী বম্নানো? ঈপাপ্না লংজখিবদগী ইরাইবক্তা তমখিবনি। কনাদদি তায়নরুগনি। নোকউ ! পেম্না নোকহৌ। খুদোংচাব হায়বসে মতম খুদিংমক্তা ফংবা ঙম্বা নত্তে। মতুংদা অমুক ফংলক্তবসু য়াই........." □

# অপাইবা থরাই

ফক্লাংগী বাল ঘড়ীনা নোংজাই মতুং পূং অনী তারে খঙহল্লকই। মদুমক্তদা তূম্বা য়াদে মহেন। চরাংনেরবা মালংবগী লৌনম্না তক্তনা কাইহৌররি ম ভোন্দা। থাংমৈ মুথৎলগা থোঙনাউ লোনশিল্লম্মী। অমম্বা ৱাখলদু খরদি কোকপগুম তৌই। মমা নক্তনা য়ূমগী মী অতৈদি নাখোদুনা তূম্নরি।

মপাগী অনাবা পাউ ফংদুনা লাকপনি মহেন। মমান লুখ্রাবী ওইরক্কদবগী মকশিল্লক্লিবা শকফমদু য়েংবা ঙম্লমদে। মশম-মনা ইফা ফারে। অঙাউবীগুম থাউ তৈগনি খঙখিদরে।

নৈশাবীনি হায়বদা থোইদোক হেন্দোক্লা চহী চৎলবী মচন নুপী অনী লৈরি। নিপা থিবা ফংদ্রি। মাংগোল কারবা খরদুসু ফৈ-ফত্তে খন্নরিঙৈ হন্দোক্লখিবা ঙাক্তনি। মমান খাকী শেৎপা মীদ পীনিংদবদগী অদুক্কীসু মৌথোক্লা খাংবনি।

মচন অনীগী ময়ুম হান্ন মশক খঙহন্দনা মশাগী মরমদা নুপী থিবগী ৱাখল করম্লা খনগনি? লৈকায়না নোক্লাখিগদবদু য়াম্না হঙ্গৈহনা খল্লি। মনাউ নিপা অমা লৈ। চহী অহুম শুরে নিপালগুবগী ক্লাসতা ফম্লকপা।

মাধবীনা লুহোংলেমদাইদা কয়াগী কপচরগা মখোঙ কোন্দুনা হায়জখি — মাগী তালোয়শিংদা চলহন্বীনবা। সমস্যা ময়মদগী খল্লুরগা মতাং চাদ্রি খন্দুনা অদুক নুংশিজরবী, থম্মোয়না থাদোক্লিংখিদ্রবী মাধবীবু তুংওইননবা হোৎনখি। মখুৎ হাংলে হৌজিক্তি। ৱাফম অমা তাম্নবা মী থিবা ফংলক্করে।ও উবোক নাপংবী। ননিং-নমাং হোত্রোং হো হায়বদুগা পাংখক্লরে।

নোংমৈ মমাগা খৎনরকপদগী মনাউ নিপাদ শাউনা ঙাঙলুই —"লাইহিরিক ভল্লিংদ্রগা কদায়দনো চৎখিদুনা লৈরুবা য়াদ্রা? নঙগীদমক্তদি লাইনা স্বর্গদগী থাদরক্কদবা লৈরবনিনা শেৎপা চাবগী করিদি খনফম থোকপগে?"

47862



নোংমেদি চান্নবা ময়ূম থাদোক্লল্লগা চংখরে মনাউ নিপাদু। মচন অনীনা কপ্পী। মমাসু পাংশিল্লি মচানিপা তাম্মোকই হায়দুনা। নুমিৎ অদুদগী মপাগী অনৌবা লায়না অমসু হাপকংলকখি।

চহী মন্তাগী মতুংদনি পুলিস লাকুনা মনাউ নিপাবু খিরম্মী। মমাদি উংখৎখিদুনা কোকচাউবী কাখিরম্মী। মতমদু ময়ূমদা লৈহৌদে মহেন। তাবগা লাক্রম্মী। থানাদ চংতুনা মনাউ নিপাগী পাউ লৌই। অরোনবা লাম্মীগী মকোক্লি হায়রকই।

মপাগী মশা শোকথবা হেনগৎলক্লে পাউদু তাবদগী। মাইবনা মখুৎ থারক্লে। মতম অদুদা মচা নিপা অতোম্বদু উনিংই হায়বকই। তৌফম খঙদে মহেন। কদায়দনো থিরুগদবা? কনাননো মফম তাকপীরক্কদবা? তঙ তাদে খম্ছরুবদা

নোংজোই মতুংদগীদি মচানিপা পীয়ু তকশিনবা হেনজিল্লক্লে। মনাক্তা ফম্লিবী মমাগী চাইরুং অনীদু পীরাংনা থুমহৎলকই। মচন নুপী অনীদুসু মপান কৌশিন্দুনা মনাক্তা ফমহল্লম্বনা কপ্পদা মমিৎ নোইর-নোইরদুনা খাঙলম্মী। মহেন্না খল্লকই — মপাগী অরোযবা তাংফমগী অরোয়বা বাহৈ খরদুতা তাগদগী লাক্রম্বদা তারবোইরে। মপানা মহেনদা পাউমেনলকই — "ইবুংঙো। ইপানা ননিং থুংহনবা ঙম্লমদরে বারৌগনু . . । ননাউ নিপা অঙাউবদু মীবাযগনুকো।"

মথম্মোয তা-না থিনবগুম্না চৈনা ফাওই মহেন। কাপ্পবা—থিল্লবা—হাৎনবগী মীশক ওইবিবা মনাউ নিপাবু নীংশিংলকই। খাম্বা ঙমদনা নুংশিবা পোক্লকই। খল্লকই — "মাগী অশাউবা বাহৈ খবদুদগী থোকখিবা থৌদোক্লি। মান ঙাংলমদ্রবদি ঙসিগী ফিভম অসি কৈদৌনুংদা ওইথোক্লমলোই।"

তানজা অদুমক্তদা খোঙউপ বুটকী মখোল তাবকই। থংলু থংলু লাওনবকই। নোংমৈগী মখোলনা কবোক পোকপগুমখরে। ঙাইহাক্কী মতুংদা ইচীক চীক্লম্মী। লাম্মীগা অরোনবা কাঙবুগা খুৎ থোক্লুরকপনি হাযনবকই। মখোঙদা গুলি পাল্লবা মনাউ নিপান শেক্লৌ শেক্লৌ লাক্লগা মপাগী মখোঙ কোন্দুন হায়বকই — "প্লাবুং। ঐ লাক্লে। করিগী বারুরিবনো? শোযদনা ফরগনি।"

ঙসাইমখৈ মচানিপা অতোম্বদু লাকপা ওয রল্লিবোইদো। মশাক উবমক্তদা মমিত্তগী মপী তরং তরং শিন্থরকই। হরাওমনখিদুনা মচানিপানা মনাক্তা লৈরিঙে মখবায় মঙাদু অশি তুরেল মনাক্তা থৈদোক্লকই। কপ্পা লাউনবা তাবদা লাম্মীশিংদু চেনশিল্লরকই। মনাউ নিপাবু উবদা হেণ্ডকাপ চল্লকই। লোইনা ইন্ডক ঙক্লখরে। মিত্ত্রংগুম মীকুপকী মশক উৎলল্লগা খুদক্তা ফাদুনা পুখরে। মপাগী অশিবা মশাদু ফাওবা পোলোয়বা য়াওহনখিদরে। মপাগী অপায়বা থবায়না শাওরকপগুম তাহৌই মহেন — "নোংমৈ গুলিদগী কলমগী মচীন্না মগুণ কাবা হেনবনি হায়বসে কাউগনুকো ইবুংঙো।"

মনাউ নিপাদুনা চৎলমদাহি মমাগী মখোঙ কোল্লগা পাউমেল্লম্মী — "ইমা! করিগী ঐগীদমক অদুক য়াম্না নথবায় বারিবনো? ঐ করিসু তৌরোহি। হুরানবমক্তি নত্তেদনা। চৎলুখিগে বারমগনু।" নোঙ্থরগা মমাগী খুয়াগী উফুল মকোক্তা হাপ্পকই।

পীরাং তৈথোক্লনি খঙদনা মমিৎ থিৎনা য়েংদুনা লৈহৌই মমান। মপুরোইবা কায়নবগী বাগদরা নত্তনা মচা শেৎনবগী কপকদরা নৃঙঅনীগী মরক্তা হা ওইরে। তৌফম খঙদ মহেনদা হায়রকই — "পোক্লবদি শিবা শোয়দ্রবনি ইবুংঙো। নোং ঙাল্লিহৈদা পোলোয়নবা হোৎনহৌসি। দিন-কাল ফত্তবসিদা। থাকী শেৎপা কাঙবুদা থাজবা থম্বা য়াবা নত্তে। মখোয়দি মকোন্দগী কোঙোয় হুক্কুনা থাদোক্লরকপা ঙাক্তনি মীনম তাব য়াদবনি। অমুক্কা হল্লক্কুনা অতৈ করিগা তৌরবা খঙবা ঙম্বা নত্তে নচন অনীমক লৈশাবী ঙাক্তনি।

- X -

# শম্বন

গীতা মন্দির মনাক্তা লৈবা ইবেম্মে এডভোকেটগীদা ব্রা তান্নবা চৎলুই সমরেন্দ্র। ময়ুমদা হন্নকপদা চৎনা চৎনা মমোন্দা খল্লকখি— করিনো অমদি থোক্কবা য়াই।

লমলোং মরি ফাংবদু লাম্হোক্তুনা শালবাগান য়ৌরকপদা মমোন চরাঙনবা হেনগৎলকই। মফম অসিদ মণিপূরী ফিল্ম 'নুঙগী তেংথা'গী শুটিং তৌখি। মহাক্না শিল্পী অমগী শক্তম লৌরগা মথোৎকোরকপী সরোজিনীবু মাগী নুংশি লাঙেই চন্নবী রাজকুমারীগী শক্তম লৌহনখি।

খঙহৌদনা মশাদা থুক লাউবা ফাউই সমরেন্দ্র। নহালমখৈ মফমদু লাম্বদা মোমোন তৌরগা হুই লাউবী খোংল ঈশৈ শুংদুনা চৎলম্বনি। অদুবু শুসিদি মফম খংহৌদা চপ লেপ্পগা করি করিনো খল্লগা লৈথোকলি। নীংশুমদবগী মূর্ত্তি অমা মমাংদা চোংথোরকুনা অবা-মৈশা লাংহল্লি। মাগী পন্নেপফম খন্দ্রবা ব্রাখলনা সরোজিনীগা মহাক্কী মরক্তা লৈরকখিবা থাপ্পবা অদুগী মায়োক্তা লেপ্পা শুন্নকখিদে। খল্লুরগা মমায় থাংগৎতুনা হন্না য়েংনিংখিদে।

অশেংবনি, থবাইগী চাক্তাফমদি লক্লদুনতা লৈগল্লি। মমিদা খৌজাহল্লি, তু-চুংহল্লি। মফমদুদা হৌরিবা উ-ব্রা, লম কুম্পো, কুথাপকী স্মৃতিনা নৈরকপা মতমদা থম্মোই লৈতাহনদে। থম্মুং লৈনাং শাদ্রিমখৈ চম্নিং তাহনদে।

সমরেন্দ্রগী থম্মোই মন্দিরদা সরোজিনীনা পূজারী ওইখিবা অদুনা ওইরিগনি অমনা অমবু য়েংলগা মীৎয়েং থৈদোকপা শুন্নখিদবা, পুন্সি চুপ্পা লৈমিন্নবগী ব্রাশক পন্দোন লোম্নখিবা। অদুবু সরোজিনীদি পম্ভৌগী খোংবান কাম্বদা শরি নামুংথিবা কাউখি। পম্ভৌগী য়াথং লৈখা তাহন্নিংদ সমরেন্দ্রগী ময়াম্বগী পুন্সি উরোংদা তাংজবী উরি ওইনা য়েৎতুনা লৈরকখি। মতমদুদা সমরেন্দ্রদি ফাজিন্দুনা থন্নকখি মাগী মহৈশঙগী লাইরেম্বীনা। সমরেন্দ্র অমসুং সরোজিনী অনীনা পুন্সি হিন্দেল লান্মীন্নবগী শাগৎখিবা নুংশি ব্রাকয়ে— লাইজা ঈশিং চঙদুনা লুপথখরে ঈরোলনুংদা। চৎন চৎন মঙ মংই সমরেন্দ্র। খল্লকই— লাইবক্তা তায়নদুনা হীংলিবা মীওইবশিংনা নোংমদি ঈখং খংহৌদনা মায়থীবা ফংগল্লিং।

ফিল্ম অদুগী মতাংশিংদু অমত্তা চিংথদনা মমিৎতা শং-শং উরকই সমরেন্দ্র। পীরাং খরা লোন্না লৈকায় কোয়বা হৌরকখি। তানজা অদুমক্তদা তোনজৌগা থেংনরম্মী। মহাক্কী খোঞ্জেলদুদা খংহৌদনা সমরেন্দ্র মংফাউনখি। পীরাং খরদু নাশোন্দা থৈদোকখিনবা হোৎনৈ। অদুবু ঙম্লমদে।

তোনজৌনা হায়রকখি– "তামোহোইগী ইমুং মনুং নুংঙাইনদবদগী লৌরি-শিংযাকা শোক্লক্লুনা কোর্টতা থাংগৎখিবা কেস অদু মায়থীবা ফংলে তাবদা য়াম্না নুংঙাইতে। অদুবু করমদি তৌগনি, ,থাকথ্রবা থৌদোক্লিন্দনা। পোকমিন্নবা ইচিন-ইনাউ মক্তদবু অদুগুম্না তৌনবা হৌনবরা হায়বা.......?"

মহাক্কী ৱাহৈদু তাবদা মথক্তবু তুক্কৎচবা পোক্লকই সমরেন্দ্র। মমাংদা লেপ্পা ঙম্লকখিদে।

তোনজৌ চংখিরম্মী।

থোংগাল লানশিল্লকপদা উরম্মী– পুন্সি খোংলোয় ওইহিরিবী থোইবীনা নুংজাননা চপ লেম্লগ পাউ তন্নিংবদগী মপুরোইবনা লাকপা ঙায়রম্মা। ঙাইহাক্কী মমাংদা ময়াম্বনা কেস ঙম্লকপদা হরাউমনখিদুনা খারম্মা শম্বন অদু মুম্না য়েংই। মীৎলু অনীদগী শিম্লকখিবা পীরাং খরদু থিং ঙম্লমদে: অসুক্কুইবা খল্লকপা ৱাখল পুম্বা ঈশিং ওনখ্রে সমরেন্দ্র, খল্লুদা খুরকই মৈরি থোকত্র মৈথু। মদুনা চুশিনখরে পুন্সিগী শক্তম।

চুমাদ্রিং ইমুং চংলগা লেংখোক লোংনা অম্লদা থিগদৈ। থোইবীনা মনাক্তা কল্লক্লদা হায়রক – "থোইবী ! লু কোকপদা লেন তারে। চৈনাদু খাংবা তাবানি হীংগে খল্লবাদ। হৌজিক লৈনম্লং অতোপ্পা লম্বী থিদুনা তোপ-শেম্মা মীংয়েং খল্লবগী মতম কদাইদা লৈরিবগে? হোৎনবা অর্ম

চংবদগী চৈঙাক থিক্লবতনি। থোইবী ! ফজত্রা পুন্সিগী শক্তমসে? কনানা কপ্পগা খাংই, কনানা নোক্লগা। কনানা শেংপা চাবদা মৌথোকই। কনানা মদুতা ফংদদুনা কংঙাউনৈ। অম্বা-নুংঙাই লৈতঙ্গাইদা থরো-থরো ওন্দুনা শান্নরিবা অদুবুনিনে পুন্সি হায়নরিবদো। খংলেদনা ........?"

সরোজিনীনা মনিংথোংগী মরুমদা লৈরগা তারম্মী।

থোইবীনমুক নীংঙমদনা পাউ তন্নকই– ঙাইহাক্কী মমাংদা ইতৈহন্না লাউরকখি–"ঐগা শিংনবগী ফলদি মরু কোকপা নত্তনা করিদি ওই হায়গে? হৌজিক্তি উরেদনা লোইনা ইখুৎ চম্বা য়ারগনি য়াথং পিরক্লিবসে 'কোর্টনা', ঙা-খানা ঙারেন হৌদুনবু করিদি কাম্লে হায়গে– লৈকাই মীনোক ওইবা নত্তনা? ঐনা হায়বা ইম্লম্লবদি অসি থোক্লমগদরা হায়বা.........?

"থোইবী, ও ! উরিক নাপংবী ! নমানা কৌই তাদবী, নপানা কৌই তাদবী, নতু লৈমা কাকোক হায়নবদো? তামোচৌনা লুমাংদা খোয় লাঙ থাক্লগা তালোয়শিংদা চলহনখিবদু ইরাইবক্লনি খন্দোক্লগা তুমিন খাংখি। ইপানা থম্লম্বা লৌদা লোম্না মমিং চনশিনখিদুনা ঐগী ফংফম লৈতে তাকপীরি। মদুদা কোর্টনস্ অয়াবা পিরকইসিনি। লন-থুম লোইনা মখুৎ চন্বা ঙম্বগী হরাউফম থোকই। মদু মাগী মরৌশিংননি। নুংঙাইজসনু। অদুদা......?"

"অদুদা করি......?" তপ্লপ্না হংলকই থোইবীনা।

"থায়না ইপা-ইপু হাক্তক্তগী গুরোন-চারোন কয়া হৌখিদুনসু তোঙান্না ফাউবা চান্নরকখিদ্রবা ঈংখোলসিদা শম্বন খাবা অসিমদি.....? করম্না ঈপাপননি খন্দোক্লসিগে? তামোচৌনা ইথক খোংবনিনা তৌনিংবতা তৌবা য়াগনি। মফমসিদগী খোকথ্রো হায়রবসু হৌজিকমক চংখিগনি। অদুবু শম্বন খাবদি...? ঐনা য়ানিংদে হায়রুচো চৎলু.......।

কপ্লিং কপ্লিং তৌর খোকখি থোইবী। মম্নোন্দা খনখি– খৎন চৈনবা হায়বসি সংসারগী কায়বা ....দ্রবা শিংথানি। মপা অমত্তগী মীৎয়েংখাদা মমা অমত্তনা থা ওবা নাউপুরগা তাইবং মপোক তম্লকখিবা মচিন-মনাউগী মরক্তবু ফংবা-ফংদবা, ঙম্বা-ঙমদবগী করি য়াহং লৈফম থোকপগে?

ঈকায়বগা লাকচখিবগা অনীসিনা খুদুম চনথ্রবা সমরেন্দ্র– ঙাংলম্বদগী তুমথখিরম্মী।

কোরৌ মঙাল অসুম অসুম পাশিল্লক্লনা ময়াক য়াউরক্তরে। তানজা অদুমক্তদা শম্বন অদু অমমমতা শিদোকপা হৌরকখি সরোজিনীনা। মপুরোইবনা হম্লক্লগা কবোক পোক্লগদৌরিবা রাইহেশিংদুগী পাউখুম শেম শাদুনা থম্মখরে। মদুবু সমরেন্দ্রনা খংলিগদ্রা.......? মতাংসিদা সমরেন্দ্র মংথ্রোক্লদুনা হোৎনখি।

মনাউ নুপা করিনো অমা তৌরে তারকপদা কোয়থোকখ্রিবা ময়াম্বদু তফিং-তফিং চেল্লকলম্মী। অদুবু থোংজিন কানশিন্না ঙমদা থোংজিন্দা য়াম্লগা চেপথনা ইমুংলোমদা য়েংলম্মী।

ফিভম অদু উরকপদা সরোজিনীগী মমিংতগী খংহৌদনা কেল্লকখিবা মপী চদুম অদু লোংফম খংলকখিদে।

সরোজিনীনা খল্লকখি– য়াগী শম্বনদি ইখুৎমক্তা শিদোকখ্রে অদুবু ঈগী মরীদা খাথ্রবা শম্বনদি মপোক সিমগী লেংদনা লৈখ্রেদো !

# ইন্টরভিউ

শাংনা খোঙলকপা রেলগাড়ীগী হুইশেলদুদা মীকপ থোক্লম্মী। ফম্না নুংঙাইনা তুমথরম্লরমাল্লে। কন্দাই য়ৌরবা খঙলমদে। ইনাক্তা ফমহৌব নুপী মচা অদু মশক উরমদে। মহাক্না কুম্লমদাইদা শোইদনা হৌদোক্লম্মীগনি। করিগুম্বা ঐগী নাখোব তাবদুদা তম্লদুনা তাক্লমদবসু য়াই। মীহুৎথোংদগী য়েংথোকখিবদা গাড়ী অদু ইচেন চেল্লমদবগুম তৌরম্মী। ঐনা মপানলোমদা য়েংলিঙৈ নুপী মচা অদু অমাংশঙদগী থোরক্লম্মী। ইনাক্তা চংশিল্লক্লুনা ফমথরক্লগা হায়রকই— "তামো ! গাড়ী অসি মফম অসিদগী লেংঙরোইদমাল্লে। ফম্না কুইরে লেপ্লকপা। করিবু তৌরদুনা...?"

মঙোন্দা ওনশিল্লগা য়েংলম্মী। মাসু য়েংলকখি। গৌহাটীদা চৎকদবনি হায়রম্বী নুপী মচা অদুগী মমোন চরাঙনরিবদু উরদুনা ঐনা হংলম্মী— "অদোমবু করি থবক্কী চৎপিবনো?"

"ইন্টরভিউ অমা য়াওজব লাকচবনি। নংহৌদ্রবদি...? ...অসুক বানা মতম শাংনা হায়রক্লগা ফংলক্লিবা কৌখৎপা চে অসি অরেম্বা তারক্লগনি।"

"করম্বগী ইন্টরভিউনিনা?"

ঙহাক তুমিন লৈরুরগা মরাই লুকথরকই। ইচেম্মা মেগাজিন্দুদা মমীৎ থম্লগা তপ্না খুল্লকই— "য়ুম পানবগী...।"

"মদুদি করম্না...?"

"গৌহাটীদগী ফোঙবা "অমম্বগী পাউজেল" কৌব খবর চেদুদা হাপ্লকপনি— "রিফাইনারীদা থবক শুবা নিপা মচা অমগী মৌ থিরী। ইন্টারভিউদা য়াওবীনিংবীশিংনা মখাগী থিকনা অসিদা মরী থম্বীয়ু। তৌইগুম্বসুং নুপী মচা অদুদি য়ামদ্রবদা মেট্রিক পাস ওইবা তাগনি।"

মদুদা ঐসু অপঙ থৌনা ওইনা চে থাজিল্লুরে। মেট্রিক পাস তৌব নুপী পাল্লিবসিনদি শোইদনা অফবা থবক তৌরমগনি খল্লুই। থাবুম অমা হৌখ্রবগী মতুংদদি ঙসিমক্কী অয়ুক পুং তরা তাব মতমদা বেলতলাগী মনিপুরী ক্লাবতা ইন্টরভিউ য়াওবিব য়ারগনি হায়দুনা কৌখৎপা চে থাবিরকই। মদুগী লাকচবনি।"

"করম্না খনগনি হায়রকপগে?"

"নিপা ময়ুমগী সিলেক্সন কমিটীগী মমাংমক্তদা নুংশেল খাম্বগুম থেদুনা লৈরগা ইশক অসি য়েংহনগদৌরিবনি, হংনিংবা কয়া মথং মথং হংনরক্কনি। রাহংগী পাউখুম পিগদৌরিবা ৱাহৈ খরদুনা মখোইগী মপুক্লীং পেলহনবা ঙমলুরবদি ঐগী চৎলিবসিগী মহৈ য়াম্লেদো। মখোইনা খল্লক্লগনি লুহোংবগী থৌরাং তৌগদৌরিবা। মফম কয়াদগী লাক্লগা তিল্লরগদৌরিবা সিলেক্সন কমিটীগী মরি মতাশিংদুনা শোইদনা ঙায়দুনা লৈরম্লগনি। লাকত্রে খন্নদুনা হন্নখ্রবদি ঐগী ওইরক্কদবা মওংদু "উইথহেল্ড" তৌদুনা থমখ্রনি। ঐতনি মহাম তাহৌগদৌরিবা?"

"অদোমগী মীং করি কৌবিবগে?"

"নুংশিতোম্বী কৌজে।"

"লাইরিক্তি কয়াম্না তম্বীহৌব....?"

"তশেংনা হায়বা তারবদি ঐসে এম,এ পাস তৌরগা থবক থিবনি। সার্টিফিকেটশিংদু নোংমা ইন্টরভিউ য়াওবা চৎপদা তাহৌরে। থিব ফংখিদরে। মদুদগী চহী মঙা শুরে য়ুমদা ফম্লক্লিবা।"

লুহোংনবগী নিপা থিরম্মী ইমান। মমোম্না তাব অমতা ফংখিদে। অদুগীসু মথক্তা মীতৈ মচাদ লাইরিক হৈব কয়া ময়ুম পান্দনা লৈব য়াওনবগে? মাঙ্গোল কারবশিংদুগী মরি মখোং থিজিল্লুরগা ড্রাইভার নত্রগা সিফাই খনবা মী হেক্তা ওইরম্মী। ত্রিপুরাগী ভানুগাছতা ইয়ুম লৈ। ইমাগ ইনাও নুপী অদুগা লৈহৌই। গৌহাটীদা লৈবসে ঐনসু য়াম্না পামজরম্মী। ইথক্তা ইবুং অমা লৈরম্লবদি করিগী অসুক ৱারমগনি। লাইবক্তা তম্বা অমদি লৈরম্লগনি খন্দুনা অসুম থোকচরক্লবনি।"

মাগী শক্তি মীৎতা মাল্লবা মমীৎ অনীদু য়েংলগা ইমোন্দা খল্লকখি-- "অসুক ফজখ্রবা মহাক অসিবু পামদবা মী য়াওরকখিগদরনে?"

নোংমা শক খঙদবী লৈশাবী অমগসু ঙসিগী অসিগুম্না রেল গাড়ীদা চৎলিঙৈ থেংনখি। মাগী প্রেমদা ঐবু করম্না ঙাওহনখিবা খঙহৌদে। মান কুমথরমদাইদা থোংজিন মপান্দা লেপলিবা ঐবু মাগী শঙগিন্না কন্না থিল্লগা তুংদগী হায়রকখি- "ঐগী মীং নুংশিরৈ কৌই। শিবসাগরদা লৈজবনি। করিগুম্বা মায়গৈ অদোমদা লাক্লবদি থীবিরকউ। য়ানিংবা য়ানিংদবগী মরম থিবগী মতম লৈরকত্রবসিদ পোৎশক অমদি শিন্নরমগে। লৌনিংঙসু লৌনিংদ্রসু নখুৎতি তিংথোরকউ।"

মান করি পিরম্বা ঐদি কাউখ্রে। অদুবু মান কন্না থেংগায়রম্লগা চৎখিবগী দৃশ্য অদুদি কাউবা ঙমদ্রি। মীৎচিগী তেনজৈ অদসু শৎতোকপা ঙমদনা লৈরি। নুংশিতোম্বীবু মুন্না য়েংশিন্নুবগা তৌখ্রবা স্মৃতি অদু নিংশিংলকখি। নুংশিরৈগা নীংথিনা ফমিন্না খ্রানি শান্নবা ঙমহৌদবগী নীংঙম্লক্তেনবনা অসুম অসুম নৈচাক হাপ্লবনখি।

ঐদি মরক্তা কুমথহৌরে। মান চৎখিবদু ঐনা মীং কুপ্না য়েংহৌই। খুৎ হায়রদুনা আশীর্বাদ পীখি মনিং থুংলেনবীবা ওইরসনু হায়রনা।

ঙসিদি লৈকায় পাওনিলখোলদগী খঙ্বে ঙম্লে—নুংশিতোম্বীদু মীখল য়াওবলদা মায় পাকখরে। খাইগোক অমা লুহোংলগা খাইবোক অমদুগী মতম ঙায়রি। হায়বাদ মকুবোক ওইগদৌরিবা মীওই অদুনা য়াম্না পামজরম্বদগী মমৌ ওইহনিংখিদুনা লোয়থাবগুম মনেগী ময়ুমদা থম্লগা চান থরক্লবগী শেন-থুম, ফৌ-চেং শিদা কাবগুম কায়দনা থিলহল্লম্মী মনেগীদা।

মপামগা মরি থমদনবা কদাইদসু থোকহনখিদরে। মচা নিপান রিফাইনারীগী সিকিউরিটি গার্ড ওইরিবদু মমৌদুনা খওথ্রগা তুংদা অমুক য়ারকত্রবদি চিংনরকখি। অদুগীসু মথক্তা নিপা মচা অসি মখোঙ অনীমক্কী খোঙ মচা মঙামক য়াওদবদুদা হায়রম্বা নুপী ময়ুম অমত্তনা খঙনরক্তুনা অয়াব পিরক্তে। খোংউপ উপলবদি শিংনায়রিবদু য়েংবদা খঙবা ঙমদে। মপানা শেন্না থোং শারগা হেণ্ডিকেপ ওইনা থবক চংহনখিবনি।

মমা লাক্রম্মী মচানুপী উন্নবা। অচেনবা মীগী খুশী হংবগুম থোংজিন ঝাংমদগী হংহল্লগা ময়ামদুনা খুশীনি হায়রে হায়দুনা ঝা-ঝা নোক্লরগা মমাদু হলহনখি।

নুংশিতোম্বীগী মপুরোইবা ওইগদৌরিবা নিপা মচা অসি মমাংচৎত য়াম্না লুনা তিন্নরম্বা জাতেশ্বরগী মশু নিপা ওইরমলে। নুপী অনী লোনবসে মখোইগী পরম্পরাগী মনুং চল্লি। মশামকসু অতোনবীগী মচানি। অদুগীসু মথক্তা জাতেশ্বরগী ময়াম্বা কুলেশ্বরগী মমৌ নুপী অহন অদু মনেমবোক্না য়ারমদে। য়াম্না তাথিনা তৌবিরম্মী। অঙাং উন্নবগী নুমিৎ তরুকনিতা শুরিবী মমৌ অদু পামদবা নুপীনি হায়দুনা মঙক মেৎতুনা হাৎতোক্লগা অহিংদুদা রেল লাইনগী মথক্তা থাদদুনা থমহল্লুই। মশান চৎতুনা শিরুবনি হায়হনখি। করম্বনো মচিন ময়াম মেনশিনখি। রেল লাইন নকপগী খুদোংচাবদু লৌখি। থৌদোক অদুদগী মখোইগী শাগে অসি কনাগসু তোৎন খোয়দানরমদে। গৌহাটীদা লৈখ্রবগী মতুংদগীদি লোইনা কাউথোক্লখরে।

নুংশিতোম্বীনা গৌহাটীদা ময়ুম পান্দুনা লৈরগনি হরাওজখিবদগী লাইরিক য়াম্না হৈব মী মালহন্দ অপঙবা নুপী শারগা মখোইনা হায়বতা ইল্লম্মী। লুহোং ফান কোয়দ্রিঙৈনা ময়ুমদা পুরক্তুনা লৈমিন্নরক্লে। অপাম্বদি মরি মখোঙ থিদে হায়নৈ ঈশৈ শকপীদা চহী মতাং হায়বা অমমুক লৈতবগুম। নোংমা নোংমগী ফজবা হেনগৎলকই অপাম্বসু অদুম্বক। মসি মখোইগী তোপ তোপ্পা মগুন অমনি।

# থেবা

ঙহাক্কী মমাংদা নোংন খল্লস্বা অতিয়া নুংশিংনা হুমদোকখিবদগী খবা ঙাম্বোরক্লি। মতমদু নুংথিলগী পুং মরি মখায় তারক্লে। পুংখায়মুক্তা লৈরবদি থব মফমদগী হনবগী মতম ওইরক্লগনি।

য়ুমগী য়াংলেন অহোবদা থব্বান্মীচাক্কী মশিং থিহনখিব চন্থী তরুকতা শুরিব অঙাং ইবুংঙোমচাদু মমাগা য়ুমদা লৈহৌবনি। কিরদুনা শোইদনা কপ্লিগনি মতমগী খোংলৈ মতুং ইন্না থুংলবা চৎনবীগী মমায় ঙাক্লবা হোৎনবদা চরা হেনহন্বনা কোঙ্গই অমা ওইরিবনি। নোংজু পাম্থা লাক্তানবা, নিংথমথা চংলক্তনবগী লাই খুরম্বদা লাইব কুৎলক্লবনি।

থেব মচা অমা গৌহাটীদগী পুরকপা অদু পুমবোম চাউরক্লে। মীরোল খংঙক্লে। মমিং রাজা থোল্লম্মী। অপোকপী মমামক্লি খন্বরা খংদে কবোকলৈগী মতম্বাক্তা পোৎথারগা নুঙাইজবগুম তৌই। ইবুংঙোমচান লাক্লবদুদা হরাওমনখিদুন চোংলগা জগোয় শায়। তুম্লে মনাক্তা. ফম্লে মথাদ। অচাপোৎ লৈরকপদা মাগী শরুক অনুম্মক তম্লক্লবনি।

চাক তোকপগী মখুৎ হাম্বা নংদে মতম্বাক্তা থম্নগা নাওগুম ঈশৈ তাহল্লি কবোকলৈনা। মদু মান উইরগা তায়। মখয়াক্তা খৌবোম থম্না ক্কা উমশিল্লগা উতোঙ অকায়বদগী থোরকপা শন্নখিদ্রবা ঈশৈগী সুরগুম্না, খুনিঙ কাংল- কাংল ঙংলকখিবা কা - দুগী ঈশৈ মতৎ- মতৎ অদু শমজিনগনি খংলকখিদে কবোকলৈনা। মতমদুদা কৌদুনসু খুন্নিংদবগুম তৌই। য়ুমদা হনগে তৌরকপদা শ্যামনা হায়রকখি — " তামো ! করি তৌরবনোদি খংলক্তে। তামোহেইগী থোঙ্গাল ওইরপ্পা মী পুংহৌই। তামোগী নিপামচা অদুসু কপহৌই"।

থম্মোয় মরাং হৌরকই। ইমুং মনুং লোইশিন্বদা বাজরবী, অঙাং শেন্নবদা তঙ তাদ্রবী কবোকলৈবু নীংশিংই। মীৎতা শং - শং উরকই — মপুম থিৎলবী কবোকলৈগী মখজাই চায়রুং অনীদা চোইজাইননা কিন্থরকপা অমুবা শল্লাংনা মমায় মচেৎ খুমজিল্লা পীরাংনবগী শক্তমদু ।

কদায়দসু হন্না য়েংলুদা য়ুম য়ৌনবা পরপ - পরপ লাক্লম্মী। ইবুংঙোমচানা তরক - তরক লেপ্লগা ঐ - লাকপা য়েংলম্মী। উবগা ইনাক্তা চেনশিল্লকই। পমখৎলগা কোনশিনবিরম্মী। অদুবু নহানমখৈগুম্না অচাপোৎ নীরক্তে।

ইবুংঙোমচান হায়করই — পা পা। রাজা মশা ঙমদমাল্লে, তুম্মী। মমানা হৌদোকপসু তাদে। পা পা! নঙখর হৌদোল্লু বা?

" নমাদি... ?"

" য়েনখাদ ফম্মী।"

" করিগী? করি তৌরদুনা ...?"

" করিগীনো খংদে। মমা কপ্পী মমায় খুমজিল্লগা। সন্ধ্যাদবু অসুক পুন্না তুম্বসিদি? ঐগী রাজা করি তৌরবগে হায়য়ুবা পা -পা। "

ঐগী খোঙথাং খরগা কনখৎলম্বা খংহৌরমদে। কবোক্লৈগী মনাক্তা লেপ্লম্মী। ঐ লাক্লে খংলদুনা কবোকলৈনা হংলকই— " হল্লক্লুবরা? ফ্লাক্সতা চা য়াহৌবনি। হৈরগা থক্লুরো। ঐ মাংলে। অশিবগা শম্নরুরে.। "

"কনাগী অশিবগা.... ?"

" রাজা লৈখিদরে —" কবোকলৈনা খুম্নকখি।

"**কয়ম হায়না ... ?**"

"**অটোনা অক্রুম্মে। কনাগী অটোনা থংহৌদে। থংদুনসু করিনো কাম্নগদবা ? মপুন্সি তেম্নম্নবোইদো...।**"

"কদাইদা লৈবগে?"

"মাগী থম্ফম কাদ।"

"কয়া কুইরবগে?"

"পুংকুই কুইদ্রি। ঙাহাক্কী মমাংদনি।" ঙাহাক লৈরগা অমুক্কা শমদরকই —" খরা হুন্দোকলুগেরা? নত্রগা ফুম্লুগেরা? করিনো অমদি তৌফম থোল্ল্রনে ...?"

ইবুংঙোমচানা রাজা শিরে খংলকপগা ইথাদগী ফন চোংথখিদুনা চাথোক্কদবগুম য়েংলকই। হিক্লা হিক্লা তেংথারগা পাউমেল্লকই — "রাজা! নং ঐবু নুংশিদ্রবরনে? ঐবু থাদোক্তুনা কদাইদা চৎলবগে? শান্নমিন্নখিসি কৈদৌগে ঐনা নচিঙ্খাক হুম্বদো চান্নিংদ্রবরনে? নংনা চারমদাই ওইনবদো অমুক্তংগা উহল্লগা মমাবু নোকহল্লমখো। মমা কপলে হায়মি। চাক চাবা তোকপগা খুৎ হাম্বা নংদে নংবু পম্মী হায়দুনা পাপান ঙাংবদুদা নঙদি শাউনিংলম্মীবোইদো। নরোল থোক্লক্লম্মবদি মামাদ লোইনা তমথোক্লমগদবা..? নঙদি ঐবু নুংশিদবনিনা থাদোক্লম্বা ঙম্মি। চৎলোকো রাজা! হয়েংমুক্কী মপোক্তা পুন্না লৈমিন্নরুসি। মসিমদি কাউগনুকো নঙ...।"

মাগী মতৌদুদা খাংব ঙল্লক্তদুনা মমাসু লাউনা কপখৎলকইমীৎলু অনীদগী শিম্বরক্কে তৌরকপা পীরাং খরদু পল থিংবা ঙল্লকখিদে। ইমুংগী মী মশিং রাংলরূপগুম থম্মোই মৈচাক হাপকৎলকখিব খংহৌরমদে।

কবোকলৈনা মাগীদমক চরা হেল্লকই। মথম্মোইগী কাচিন্দা লোৎতুনা থম্নকখিবা "প্রেম" অদুগী মরি থদৎপা ঙমদবনা ঙাউচৎনরকপনি।

লৈবু লৈমিন্নরবদি নুংশিবা হেনগৎপা হায়বসি মহৌসানি। মদুগী মৈচাক্না

কনখিবদগী খুনুমুক লোয়গে হায়রকখি কবোকলৈনা। হৌগ্রববু অমুক হল্লক্লুরোই খংনা খংনা থাংগৎলক্লিবা বাফম অদুদা ঐনা অয়াবমক্তি উৎপা ওমখিদে। খল্লকখি— অমুক্কসু মদুমগা শিংনাইগ্রবদি... ?

অদুবু কবোকলৈগী জীব্র অমা লোয়রগা লৈমিন্ননিংবগী নুংঙাইবা রাখলনা মনিং তম্না শেমখিবা মকোল অদুদি ঐনা অয়াবগী য়াথং পিদ্রমকসু তরু তরু শেংদোক্তুনা থমলি। থেদুনা থমলি অচা অথক্কী পোলাং

- X -

# নুংশি খুদোল

কলেজতা তম্লিবী অপাবীবু য়েঙবগী পেনবা লৈরক্তে। মাগী রোল নম্বর তরানিথোইনি। তরা ম্যাথোয় হায়রকপগা মীরবা খোঞ্জেলনা লাকচরি হায়রক্কদৌরিবা তরানিথোইগী নাকোং থাঙগৎতুনা ঙায়রম্মী। ওইরম্বা য়াই মীপুম্না তানিংঙমদবা।

অপাবী, মমানা পীক্ক লঙথোক্লমদুনসু মপাগী মীৎয়েংদদি লাইয়েকপগী মূর্তিগুম য়েঙজরক্রবী মচানুপীনি। পূর্ণিমাগী থাজগুম মকা লাম্না ফজরক্লে। ওলাঙথাগী বন্ধ পীগদবা নীনি বাংলিঙৈ হঙকই - 'তামো ! য়ুমদা করি নুমিৎ চৎকদৌরিবগে?' 'হাঙচিৎ ওইনা' - খুম্লম্মী। থোইনা বা ঙাংনবা নঙহৌদে। খোঞ্জেলদুদি

থম্মোই বীনাগী সুরদা তিনখিরম্মী। য়ুমদা চংনবা সুটকেশতা ফীরোন হাপচিন্নবা হোৎনরিঙৈ হোস্টেল কাদা চঙক্রম্মী। ফীথুপ নাইনা লৈরিবা জেলেম্বু মচুগী ফনেক অমসুং ইনফী সেট অদু লৌখৎলগা হঙকই –'ফজথ্রেদকো । অঙৌবা মী ওইরবদি কয়া পকচগবা? মাইরিক-লাইফ য়াম্না হৈবা জাৎলা?'

কন্নক মীহৌগী খাহংদুদা খুম্মুই – 'ইচনগীদমকনি। পামগদ্রদি খঙদে।'

'নুংশিনা থোনবা পোৎপু পামদ্রদি করম্ববু ...?'

মাগী খাবল মরক থৎনা হংঙুই - 'নঙদি করি নুমিৎ ...? 'অসুম লৈরদরা ?'

'পাবুংনা লাক্ত য়াদে হায়রকই। হয়েং ওইনা চৎসিরা খল্লিনি। ইমা লৈত নুঙাইদ্রসু, পাবুংগী থনবদা ...।'

'অদুদি খোঙবু ওইরসিদনা ?'

'ঐসু খল্লমীনি। শোইরোইদনকো ?' হায়রম্লগা চৎখি। হরাউনা চৎখিবদু য়েংহৌই মুম্না।

ঐগী অমতা ঙাইজরবী ইচন তম্ফানা মবুং লাক্লে তাবদা ওক্কদগী চেঙ্খোরকই। ফীশিংদো পীরুবদা কয়াদি হরাওই। বসন্তগী ইচেলদা তাউরকখিবা অপাবী ঐনা লোকহৌরে। মানা ইনাক্তা লৈররবদা অরাংপা লৈরিগনি খল্লুদ্রে। তাঞ্জা অদুমক্তদা ইমানা লংথোক্রুম্লগা তাইবঙ রাংমা লান্না চৎখিরম্মী।

নোংমা লোম্না মাগী থম্মোই লবুক্তা লৌহোন হুনখিবা ফৌদুদি ময়োল চোংখৎলক্লুবনা মানা চানিংবতা পীজরম্মী। ঙাইহাক্তা ঙাইবীয়ু য়াবিদ নুমিৎ-থা অসুম অসুম হৌখিবগা কল্লনাগী শক্তমসু মপুং ফাহল্লক, পুন্সিগী ফীদম লৌর, তাইবঙ মঙ ফাওহল্লকই। অদুবু পৃথিথক্তা তারকপদা কপ্পকখিবা খোঞ্জেলদুদি য়াম্না তমথীরম্মী। থা তরা নাউপুদুনা পোক্লকপা নুংশিজরবা মচাবু মতম্বাক্তা পম্মদনা খোল্লাং ইনব্না ঙম্মখিদ পুন্সিগী মমিং উইশনখ্রে অপাবী। থম্মোইদা লোৎলুবা মমল য়াম্ন শীঙ্গেন্না নাচোম খঙবৌদ মতৎ মতৎ তৎন কেন্সখি। অহিংগী অমম্বদা ইনাক্তা নৈরগা লোইনা ঙাম্না উখিবা তাইবঙবু, মাগী খোঞ্জেল তারগা অতোপ্পা কন্নাগী তানিংখিদ্রবা ঙাইহাক্তা, অদুগুম্লবা ফজরবা পুন্সিগী মাঙহন্নিংদা থম্মোইদা চেৎনা লোৎশিন্দুনা থম্নকখিবা স্মৃতিশিংদু মাদি মঙশিন্নদ শাগ্নদুনা লংখোনা চংখ্রে। কদাইদা করি হাংপা, করিদা নিংবা থুংঙিরোই কুপ্পা য়েংশিন্নবী মানা খৌশাদা তুংওইনরম্নে। মাগী থম্মোইনা য়াম্না পামজনা শেমগৎচরম্বা লৈরাং চারা অদুদি নুংশি খুদোল ওইনা শীন্নরম্নবনা ইনাক্তা লেংদনা লৈরি। অরাবা রাখলনা ফুম্বংনয়কপদা মমানা শীন্নরম্বা অঙাংদুগী মীনোক উরগা থরদি কাউবা ঙম্বগুম তৌই।

'মসিবু নংত্রনে তাইবঙগী নুংঙাইবা হায়নরিবদো? খাঙবা ঙন্নকত্রদুনা উংলগা লৈরকপা মতম অদুবুনা সংসারগী ....' মওল মওল খল্লিঙৈ মণ শারবা অঙাংদুনা তম্পাক্তা কাখৎলা পা...পা... হায়না কৌরকখি। নুংশিরবা খুদোলপোৎ অদু থম্মোইদা চেজেৎ কোনশিন্ন হন্না হন্না কয়ারক মখজইদা চুপ্পীরম্মী।

- X -

# হুরানবা

নবচন্দ্র খুঙ্গংগী লৌমীনি।মচিন চৎপা মীওইনি। খুনগী বিচার তৌবগী মী থিরকপদা মহাক্তি য়াওদবা য়াদ্রবনি।মহাক্না হায়খিবদু কনানসু হিক্তোক্লদে।অচুম্বা চৎপনা ময়াম্না মাবু থাজনবনি।মচা নিপা অমা লৈরম্মী। খম্বাতোন কৌরম্মী। লাইরিক্তা মথক্লাই য়াউদে। অদুবু মবুদ্ধিদি গায়নিংঙাই লৈতনা ফরম্মী।য়ুম পুবিনবা মী লৈত্তে হায়দুনা মেট্রিকিউলেশান লোইবগা নুগী থিবিরম্মী।মপানা নোম্বীবা কন্নদগী মখুনদা লৈব প্রাইমারী স্কুলদুদা ওঝা ওইবগী থবক ফংলম্মী।মনেমবোক্কী থবক মমৌনুগী মালতীনা শিল্লকলে।মচানিপা খম্বাতোম্না মপাগী।অদুতা নত্তনা য়ুমগী শোঐজেসু খম্বাতোন্দা শিন্নরকলে।

নোংমা অহিং পূং অনীরোম তারকপা মতমদা হুরানবা চঙলকপগী নাশোন ফংলক্কুনা মালতীনা মপুরোইবা হৌদোরকই। শ্বায় মাঙথোকখিবা মখোলদু অমুক্কা তারক্কদরা তুমিন্না ফম্লগা মনাকোং থাংগতুনা তামিন্নরম্মী। ফনা কুইনা লৈরম্বদগী মখোল তারক্কবদুদদি মালতীদো ইমুং চংখ্রগা ফমুংদা হিপথরকই ।খম্বাতোনদি অতাংবি অমা খংদ্রিমখৈ চংলোই হায়দুনা মপান্দা অদুস্মক লৈহৌরে।শঙ্গোয়গী মচি ওইরপ্না ফৌবুল পৈরম্মী। থাসিগী নুমিৎ ওইবনা য়াম্নাসু মম্লম্মী মফমদু। ঙহাক্কী মতুং শঙ্গোয় মচিদুদা মী লৈবগী মনিল তারক্কুনা খম্বাতোম্না মালতীদা মৈনম পুদুনা থোরকউ লাউরকই। মখুৎতা থাংশাং অমগা চৈতুপ অমগা পায়রম্মী। নহানতা থংনরিবা য়ূমদুদগী হুরান্নবা শগুন তৌরগা লীক-কোন অমদি মফী-মরোল তেংনা পুবিখ্রবনি। মদুগী তকৎ-তকৎ তেক্লা লৈরিবা থৌদোক্কু হৌজিকসু রারিনবা লোইদ্রি। অদুগী মমোন্দা চিংনরকপনি খম্বাতোন। মহাক্না অমম্বা নরক্কুদা থৌনা ফবা মী শারগা মখোলদু তম্না খূনিং কাঙলা কাঙলা চংশিল্লকই। মখোলদু থোইনা হেন্না অসুম্মক কনখৎলকখি । মালতীনা ইমুংদগী থোক্লকপা নংদ্রিঙৈ মখুৎতা পায়রিবা চৈতুপতুনা ফৌবুল মরুমগী মখোল থোক্লকপা মফমদুদা মকন্থিথোকপামখৈ মপাঙ্গল থাদোক্লগা কয়ারক

হন্না কনথরকই। হায়রকখি -" কদাইদনো চেনগদবা অদুক য়েংশিদনা? ইখুৎতগী নাম্বোকপা ঙগদবা নত্তে খঙবরা.........?"

মালতীনা ঙাশেমথাঙ অমা পায়রগা পরপ পরপ থোরকই। থেঙলকপগা অমম্বদু থোইনা থাজিল্লকখি। লৈকায়গী মীসু তুমথনখ্রবনা ইচিক চিল্লম্মী। থবান্মীচাক খর অতিয়াদা মুশি মুশি থোক্লিবা অদুনা লমচৎপা কাংবুদদি চৈঙাক ওইরি। লৈচীন্না কুপ্লম্বা অহিংদু কনা লৈজদবগুম মতু ইপোন পোনলম্লবসু অথাম্পদা চেল্লিবা তুরেলগী ঈচেল অদুনদি লেপ্তুনা চেন্থখিবনিনা ত্রোং-ত্রোং লাউবা মখোলদুনা লম চৎপা কাংবুদা মপাঙ্গল খরদি হাপকৎলকপগুম তৌরম্মী।

মশাদ অকিবা পোক্লম্বা মালতীদো মখুৎ য়েৎনা চেৎনা ঙাশেমথাং পায়রগা মখুৎ ওইনা মৈনম কাপ্লকই। অমম্বা মফমদু খরদি ঙাল্লকখি।

ফৌবুল মরক্তা চাকথোংবী শান্নরম্বী অমম্বদু মৈঙাল ফংবদা কিরদুনা থৈদোক্লম্মী। মালতীনা উরকখি - অচৌবা উচি অমা ঈহিং-নাহিং শারগা শিরুম নারুম তারম্বা। অমম্বগী ফৌবুল মরক অদুদগী চেন্থোকহৌবা ঙমহৌদ্রমাল্লে। মমীৎ

অনিদু তগুপ তগুপ পাংলম্মী। শিরমদ্রি। অদুবু মশাদু লেংবদি ঙস্লমদে, ইতুক তুকথনা লৈরম্মী। তৌইগুম্বসুং কুইনা খাংবগী মপাঙ্গল লৈরমদ্রবনা হোল্লম্বা ম্বোরদু তৎলকখি। ওইরম্বা য়াই অলোয়বগী মীকুপ অদুদা মালতীগা উম্ননিংদুনা মথৱাইনা পায়থোকখিবা ঙমদ ঙায়রম্বা। মালতীনা উচি অদুগী মনাক্তা চংশিনখ্রগা মৈনম অদু কাপ্তুনা থম্লকই। মপুরোইবদা করেম্ননা হায়রকই -” নঙগী য়েক্লাবসে উরবরা মুম্না য়েংহৌ নথম্মোই পেম্ননবা। নঙগুম্বা বীরসে থিরুবদা য়াম্না তাংনা থোক্কনি। অসুক চাউখ্রবা, পোৎচৈ য়াম্না চিকথৎপা ঙম্বা জীৱ অমবু নপাঙ্গল শিদোকপামখে ফুদৎলগা হাৎপা ঙম্বসিদি .....?”

অনীমক পুম্না নোকমীম্নরগা মখুৎ শম্নদুনা ইমুংদা চংমিম্নখি। অথাম্পদা লৈব মসজিদ অদুদগী আজানগী খোল্লাউ তারকখিরম্মী।

- X -

# কৎথোকপা

নোংমাইজিং নুমিৎনি। অফিস বন্ধ লৈবনা খর থেংনা হৌগৎকে খল্লম্বনি। অদুবু ফুঙ্গাদা মৈ তিক্লা তিক্লা ইনাউ নিপানা ইমাগা ৱারি শান্নরিবদু তারুবদগীদি তুমথবা য়াখিদরে। হৌগৎলগা ফমুংদা ফমদুনা লৈরম্মী।

ইনাউ নিপানা হায়রকঐ-" ইমা! উগী পৈশা খর মথৌ তারে। য়াম্না নত্তে লিশিং কুনখক্তনি। ঙসিগী মথৌনি।"

লমহেন্বা অঙাংনি। অতোন-অতাং ওইবদুদা খরসু লুনা তৌনবনি। চহী অনীগী মমাং মেট্রিক পাশ তৌরগা মখা তমথখো য়াখিদ্রবনি।

ইমানা হায়রকই -" অদুক য়াম্বা পৈশাদু নয়াম্বনা কদাইদগী থীরুগদৌরিবনো? অসুমগীসু ময়াম অসিগী পুকচাক পুবদা ময়াঙ কংলবনি।"

"নখোইগী লাংদা থুরবনি খন্দুনা অদুম্মক খুৎ পুনশিল্লগা খাংলসিরো ? পাবুংনা থবক তৌরিঙৈ তানখিবা শেনফমদু কদাইদা থৈখ্রবগে? ঐগীসু মথৌ তারুনা হায়বনি। নৎত্রদবু নখোইদা য়েংবন্দরা ?"

ঙুং-ঙুং ঙঙখৎতুনা ঙাঙগনুনে নঙবু। তপ্না অদুম হায়য়ু। ভাব তানা অদু-অদা তান্নরগা লোইরে। শঙগৎতুনা লাওরগা করিদি কান্নে ?" - ইমানা ঙাঙলকই।

মখুৎ অনী লোন্নদুনা ইমাদা খুরম্লগা হায়রকই -" হোয়নে! হোয়নে! ঐনা লাল্লে । ঐগী অদুতা পিথোরক্নো। তুমিন্না থোক্তুনা চৎচখ্রগে। অলুবা থবক অমগী হৌজিকমক চৎতবা য়াদ্রবননি।"

ইবুংঙোতোন! নঙগীদুবু শুকতামক তাবা য়াররোইদরনে? নয়াম্বসে য়াম্না রাজরে হায়মি?"

"ইমা! নঙবু খর ভাব তারো কৈদৌগে। য়ারদবু রাচোয় ঙাংদুনা মতম মাংহনগদরনে?"

ঐনা য়াম্না চিন্তা তৌরিবসু মাগীদমকনি। তিন্নরিবা মমান্নবশিংদু য়ু থক্লগা জুরার শান্নদুনা মতম লেন্নবা কাংবুঙাক্তনি। মান খর খৌনা চৎলিবসে ঐবুতনি। পাবুংদি অহন ওইরে। মাগী হায়ববু খবর চে পাদুনা লেন্বা। নত্রগা চা কপ অমা থক্লগা রারেম ঙাংবনি।

ইচিন ইনাউ অহুমতনি ঐখোইগী। মাগী মথক্তা ইচন নুপী সখিনী। বি,এ লোইরদুনা এম,এ তমথরি। চহী অমগা লৈরবদি লোইদুনা থোরক্লগনি। টি,ভিগী মনাক্তগী মীকুপ অমতা চৎথোক্তবা মহাক্না করম্না মেট্রিক পাস তৌখিবনো ঙকনিঙইনি।

হন্থরক্লবা য়ুম অসিগী অদু লৈতে অদা লৈতে ব্রাকৎলকপদু তাশিন্নদবা মতম য়াওখ্রবনি। য়ান্না শাউনিংঙকপদা য়ুমদগী থোক্লগা হায়রং হায়রং চৎল খাংই। ইমান্নবা অমতা থিব ফংলক্তরে ময়ুম লিংনখিবদগী। ঐবু নুংশিবীবদগী নিঙোল মতৈ ওইহন্নিংদুনা ব্রাফম কয়া থম্লকই। মখোইদুগী মরক্তা অশংবীসুনি। ঐ নত্রবদি ময়ুম পাল্লরোই খাংলি। তৌবগীদি ঐসু চহী নিফুমঙাগী পাখংনি। চাক চাদ্রিমখৈ অয়ুকনি হায়নবা অদুম্মক থোক্লবনি। মায়দা মায়হিং কারক্লে। কদোমদনো থৈখরে ঐগী ফজরম্বা মায়থোং। ইনাউ নিপান অমুক্কা পৈশা পিদে হায়দুনা ইমাদা খংলাউ লাউরকপাদুদা খংপ্রেক খংলম্মী।

ইমানা ঙাংখি -" ঐতা শিখিবা লাই খুরম্মু। ঐনা শিখ্রগনি নখোইনা নুংঙাইহৌগদৌরিবসে?" ঙাংনা ঙাংনা ষণ ষনগোন্দা ষনথী শেংবা চংখি।

ঙসিদি নহানমখৈ উতুবী শাদুনা তুমিন্না তারমবা পাবুং অদুসু শাউরক্লদুনা ইমা কৌরগা মাগী মপুনশিদা ঈকায়খুম্নরকখিবা সনাগী তকমানশিংদু পুথোক্তুনা ঐঙৌন্দা পিখো হায়রকই। মদুদগী ফংলকপা পৈশাদুনা মাগী তাল্লিবা মশিং শুরোই খঙই। শাউরকপদগী তৌফম খঙদা হায়রকপনি। মাগী মপুন্সিদা তাল্লকপা অশেংবা মরন হায়ববু মদুখক্তা ঙায়জরবনি।

ইমানা তৌফম খঙদা তঙক তঙক য়েংলগা হায়রকই-
-" করিনো হায়রিবা অদুবু ? অহনথংদা ঙাউরবরনে ? ঙহাক লৈরগা মরাইনা নেমথজখিগদবা অদুদা....?"

ঐনামুক ব্রা ফেল্লম্মী-" পাবুং ! অঙাওবা, অসিগা মান্নরিবা করিগীনো ? ঐ লৈরিবা অসিদি ...? ইনাও নিপাদু তপ্লি তপ্লি থোকখিরম্মী।.. প্রোক প্রোক চাক্লা খাংলম্মী। খল্লকখি - ঐনা ঐগী পুনশিবু মখোইগীদমক কৎথোক্লুবগী মক্তুবা চৈনাখোল হায়বদু অসিরা ?

থম্মোই অসে শিংনা শানা শেগায়রগা লংথোক্লবসু পেল্লক্কলি থাজরক্তে। মতমদুদা ইমানা ইচন নুপীদা হায়রকখি -
-" ইবেম্মা ! চাকতো পরপ পরপ থোংদোক্লবা হোৎনৌ। করিগুম্বা য়ু থকচিল্লগা ঙাউশিন্নররবদি শোইদনা লাল থোক্লরগনি।"

ইনাউনিপাদু নুমিৎ অদুমদি য়ূমদা হল্লকখিদে। নোংঙাল্লগা চা থক্লরিঙৈ চঙলকই। মচেদা হায়রকই –" চেচে ! ঐগী চা-দি ? মিঠাই অসি ইমাগা পাবুংগা চানবনি। মখোইনা য়াম্না পামজবদুনি। তাচৌগা নখোই অনীগী বোড়া কাংঙৌ তোঙাম্না য়োম্লিবনি।"

ঙাংনা ঙাংনা বাথরুমদা চঙখিরম্মী। থোঙ লোনশিল্লগা। মনুংদগী মচে তানবা লাউরকখি -" চেচে! মামতোনহোইদা করিনো অমা পুরক্কুনা থল্লম্বনি। ইমা পুরগা লৌমিন্নরুচো। নফী অফবা শেংখোকো। নত্রবদি লৈকায় মমাংদা চোপচনি -"

ইচন নুপীনা ব্রা নোংলকই-" ইবুংঙাতোন! নঙগী ব্রাফমসে য়াম্না মরৌ থাংইবো? অয়ুক্কী ফীজেৎতবু করিগী অফ-ফত্তনো ? পুরক্লিবা পোংশক অদু করিনো হায়রো হায়মী ?"

ইমারোমদমুক মমায় ওনশিল্লগা লাউরকই -" ইমা । য়েক তিন্নরমদুনা শাগে নৌথবদি ঙস্লোইকো ঐদি.....?"

- X -

# মৈরিক

পিক্লবা সংসারনি দিলীপকী ।ওইগী লমদাং ওইরিবী ইঙেল্লে অমসুং অঙাং অপিশক দেবেন।

নোংমদি মাগী সংসারদা তিল চংবা হৌরক্লে।

ব্রা অমা ঙাংবদা তরারক খুন্নবা হোৎনখিবী ইঙেল্লেগী মশা য়ান্না শোন্থরে, য়ান্নসু চোকথরে। মাগী মকন্থিথোক্লা শাওবগী অঙকপা মূর্তি অদুসু কদোমদনো থৈখরে। দিলিপসু খঙবা ঙম্লকলে ইঙেল্লেগী হন্থরকপা বাখল।

দিলীপকী থম্মোই নূংশেলদা ইঙেল্লেনা মাগী অনৌবা রূপ অদু য়েংলগা নিংশিংলক্নি হৌখ্রবা মতমদা মপুরোইববু উনিংবনা নোংগৌবীগুম ঙায়রা খাংখিবা মীকুপ অদু। নীংঙম্লক্তা খল্লকখি-করিগী মপুরোইবদা মাগী মথম্মোই শোকপা অশিকপা ব্রাহৈঙাক্তা শিজিন্নখিবা......?

ইঙেল্লে ঙসিদি ব্রা ঙাঙনিংই। মশাদা শোকহন্নিংখিদবা মপুরোইবগী মখুৎ অদু লৌথোকতনা অদুম্মক মশাদা থমহন্নিংই।

চহী তরেৎ হায়রক্লে মপুরোইবগী মমাং থানাচখৎলকপা। নুংশি ৱাকয়ৈ তোংমিন্নরিঙৈ পাক্লবা সংসারগী ঈপাক লান্নীন্নগনি বাশকমিন্নখিবনি।ককঙাওনরবা ঈথক ঈপোন্না ইঙৌল্লেগী মথম্মোইদা শাফু পিরুরগা অমুকসু অদুম হল্লক্তুনা দিলীপকী থম্মোই তোর্ব্বানদা য়ৈররি। নোংমা দিলীপনা থবক্তগী হল্লকপদা ইঙৌল্লেনা য়ুমদা লৈরমদবদ্গী ৱা কারল ফেন্নৈ। অহিংচুপ্পা মচিন পোন্নরগা লৈথোক্তুনা খাংনৈ। খৎনবদা হেনজিনখিদুনা চরা হেন্নৈ।ইঙৌল্লেনা মচাগা ফম্মাংদা হিপ্লিবদুদা দিলীপনা হংনিংখি-করিগী চাক চাদনা তুম্লিবনো ইঙৌল্লে। ঐগী চাক খাত্তিবনা করিগী?

অদুবু হংবা ঙমখিদে। হংনিংঙুদে চিন কাংজৈ ওইরক্কনি কিবদ্গী। মাসু ফমুংদা কাখৎলগা তুমথনবা হোৎনৈ।

ইঙৌল্লেগী মমা মপা লৈখিদরে।মতোমতা পোকপনি। মতোনশিংহায়রে নুমিৎ নীনীগি লম্বীনি মৈরিক্তগী মৈজাউবীসু হৌহন্নিংদে।মীকুপ অমতা উনদনা লৈবা ঙন্নখিদ্রবা মখোই অনীনা ঙসিগী ফিভম অসিদা লেপ্পগনি হায়বসে শুপ্পগী থাজনরমদে। অদুনা দিলীপনা মখোঙ কাঙ্কোক্কে খল্লুবা খোঙফম অদু অমুকসু কানশিন্নবা হোৎনৈ।

থম্মোই ঈচেলগী লৈরায় কিম্থবা হৌরকই দিলীপকী।ফোংদোকপদি ঙমদে।

নোংমগী ব্রা-নি।দিলীপনা থবক্তগী হল্লক্তবা নুমিৎ নীনিগী মতুংনি । ইঙেল্লৈনা য়াম্না শাওনা ঙাংখি-" করিগী হল্লক্লিবনো নয়ুম মশক খঙদবা নঙনা। অদুম্মক লৈথোকখিবা য়াদরা.......?"

দিলীপনা ঙাংবা ব্রা অমত্তা তাশিন্নদা মানা মথক থংনবা হোৎনরগা তান্হোক্তে হায়বতা মঙায়খি। দিলীপকী মথক্তা চিংনখিবা ব্রাফম অদুনা মাগী খৎনবগী খুৎলায় ওইরগা মখোই অনীগী মরক্তা ফক্লাং খানবা হোৎনরকই। মচিন্নান অনীদু লেংলি লেংলি তৌই দিলীপ।

ইঙেল্লৈগী মশাদা হৈনিংবা পোকহন্বা ঙস্লক্তরে।মশা শগন ফল্লগা মপুরোইবগা চায়নগনি চৃঙফিরাল শাখিবী ইঙেল্লৈ,তিনথোক অশিবগুম ফমুংদা তাদুনা লৈরি। লাইমনগা থেংনখিদুনা অদুক্কী মশা শোক্তবা হেনখিবনি। ইঙেল্লৈগী মচিন অদু খজিক খজিক লেংঙকপা উবদা দিলীপনা হংলকখি -" করি হায়নিংলিবনো? হায়রোদনা?"

নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা ফমদা তারক্লবী ইঙেল্লেগী মশা খরদি ফরক্লে। তপ্লি তপ্লি হায়রকই -" নঙনা খল্লিবা ৱাফম অদু নথন্তগী ওইফম থোক্তে। মশা মরোমদোমগী হায়বা ৱাফম অমসু লৈফম থোকই। মদু নঙনা য়াফম থোক্রনে?"

ইঙেল্লেগী ৱাফমদুদা খরদি ঙকচান্নে দিলীপ। অমুক্কা মখা শমদরকখি-" নঙনা শাওরগা পোৎ-চৈদা তায়নরিবা করিগীনো? লংখায় থুগায়রগা মঙগী কান্নবা করিনো? মরাল লৈরে খঙলবদি দন্ডি পীবিবা য়াদরা ....?"

ঙহাক তুমিন লৈরুরগা অমুকসু হায়রকখি -" ঐসে ফরক্কনি হায়বা থাজরমদবনি। মীকুপ অমতা হীংনিংখিদ্রবনি। অদুবু ডাক্তরনা কন্নীরম্লে। অশিবগী মখয়াত্তগী মুল্লগা নঙগী নফমদা অমুক্কা শিন্নরম্লে। নঙদি খঙখিদে ঐনা করিগী নঙবু চরা হেলহনখিবা। মদু ঐনা লঙবু নুংশিবগী খলদা থাংগৎলগা চাংদঙ্গাগী পাম্বে অমনি। মরমদি নঙনা ঐবু মীরাইবা হৌরক্লে হায়বা ঐসু খঙখি নঙগী শাজৎতগী। নৌরিঙৈদা পল থিংহৌদ্রবদি তুংদা ঙম্লক্লোই খঙলক্কুনা লৌরী থোন্নবনি। নঙনা অতোপ্পা নুপীগা ৱারি শামিন্নদুনা ময়ায় কাখিবা তানজ কয়া থেংনখ্রবনি। অহিংঅমম্বগী মতেং লৌরগা লৈকায়গী নুপীগা অহিংচুপ্পা লেম্মীন্নখবা মতমদু ইমিং অসি উইশিল্লগা খআঙখিবনি।

কনানা খঙখিবগে ঐখোই অনীগী ফিডম অসুক্কী শোক্তরক্কনি। ইরালননি খন্না নত্তনা করিসু উপায় লৈখিদে। ঐনা খাঙবা ঙমদবদু নঙোন্দা থোক্লবসু নঙনা খাঙবা ঙমগনি থাজদে। অদুনা ঐনা অতোপ্পা লম্বী থিরকপদা নপা-নচা থম্লম্লগা পোখায় তাখবনা ফরগনি খল্লকখি। হু চাবনা অথোইবা লম্বেল ওইগনি থাজখি।

নঙ ঐবু ব্লারৌগনু। মতম চান নঙনা থুংলমদ্রবদি ঐবু কন্না ঙম্লমগদ্রা? লুনা তৌজরিবা মী অদুনা খজিক্তং অলানবা লম্বীদা চংশিন্নবা হোৎনরকপদা মদুগী চৈনা খাঙবা য়াম্না ব্লায় ায় ।"

" ইঙেল্লে ! ঐখোইগী লৌবুক্তা ঈশিংনা লৌরি পাথহৌরে। লৌফাৎ তাহল্লগা লৌ নিংঙুরসি। পিক্লবা মৈরিক অমতং নশাদা চোঙখ্রগা অদুক শাথিনা চাকথেক হম্বদি হৌনবরা হায়বা? নঙগী পামদবদু ফোংদোকপা য়াদরা? নথম্মোইদা ফুমদুনা থম্বদ্গী অমাংবা ওইরক্লিবা নত্রা? শিরম্লবদি.....?"

য়েংঙু ! মপান্দা নুংশা য়াকনা শারিবসে ? লৌ লিংলগা ননগন য়াইরবদি থম্নুংগী অমোৎপা হুমাং মরিকশিংদু চিথরক্কুনা

নশাদু কোকথোক চামথোক্লম্লগনি। ফৎত্রবা নোংলৈ নুংশিৎনা হুমদোক্কুনা অশোন্বা মশা মরেং থুদেকখ্রবসু মরুদি ফুকপা ঙমখিদ্রিদনা...?

ঐনা হায়নিংলম্মী ঐখোই অনীগী অলানবা বাখল খরদগী অঙাং নৱা অসিগী মথক্তা অৱা কোকথোং থোংগৎলগা কনা লৈজদ্রবনি হায়হল্লম্মোইসি। য়েংঙু ! পাপ চেন্দ্রিবা অঙাং অসিনা ননাক্তা হরাওনা শান্নজরিবসি?

ফুইনা হৌরকপা নোং কদোম়দনো হুমদোকখরে।

ইঙেল্লৈগী মখুৎ অদু মনাক্তা চিংশিল্লগা মখুবাক অনীগী কারক্তা থল্লকই। মাগী থন্নুংদগী ফুদোরকপা ফোং-ফোং শাব ঈ-গী ঈনিলদুনা অশাবা লোকপিরকই।

মীওইবগী পুন্সিদা অমুকপু চঙ য়ৌনা খৎনদ্রিমখৈ নুংশিবগী চূঁড়া পায়বা ঙমনদে। কাঈনারুবদগী তিন্নরকপসু কোনখিবদগী থাদোক্কনি খন্নদে।

ইঙেল্লৈগী মচিন্বান অনীদা খঙহৌদনা নোংথাং কুপলকখি কুম্ভীরগী মখয়াত্তা তারবনা। অঙাংদুনা " মামা " হায়না কৌরিবদু তাখিদরে অনীমক্না........।

# কেল্লকখিবা চাহৌ মীনোক

"ওঝা নত্রনে?"

মোবাইল ফোনগী রিং খিংলকপদুদা থাংগৎলুবনি। অহিং পূংতরা তারম্মে । ঈখঙ খঙহৌদনা নুপীগী মখোল তাবদুদা ইঙক ঙক্লুরবনি। ওঝাদি হায়রগা চাহৌ মীনোক অমা মশাদগী কেল্লকখিবগুম তৌই। মনাক্তসু মী অতৈগী নোকপা তায়।

ঐনা হংই-" অদোমবু কনা ওইবীরবনো - ? ঐদি শক, লাকপা ঙমদরে। য়ারগদি অদোমগী মীংদো অমুক্তা হায়বীরকউবা?"

"ওঝা! ঐনিনে। মানজাগী রস্তাবু খঙবীদ্রবরনে? নহান শিলচরদগী রেলগাড়ীদা পুন্না হনমীন্নরকপদো।?"

"ইহে! ঐদি লান্না খল্লুরে। অহিংসিদবু নঙনা ফোন তৌরক্কনি থাজরুদবনা। অনা-অয়েক য়াওদেকো?"

"অহোয় ওঝা! থোয়দোকপা য়াওদে। ঐ হৌজিক গোলাঘাতকী ইচেহোইদা নহান লাকমীন্নবা ইন্দোনমচাগা ঐখোই অনী থবক অমগী অয়ুক্তা লাক্লম্বনি। ইচেনা হয়েং চৎলু খাম্বদ্নী লৈথোক্লবা। ইচেগী মোবাইলদ্নীনি। ঐগীদু য়ুমদা কাউথোক্কুনা থম্লম্মে। ওঝাগা ৱারি শান্ননিংবদ্নী ইচেদ্নী লৌবনি।"

"করম হায়না নিংশিংলক্লিবা? ঐদি কাউথোকখ্রমাল্লে খল্লুরবনি। কয়ারক ফোন তৌবদা ফংবা কৌবা লৈখিদে। নঙনা পিরম্বা নম্বরদু শোইদুনা তৌরিদরা খল্লুরে। খর নুংঙাইরিবরা ? ঐদি নঙনা নথৱাই ৱান য়ুমগী ফিভম করম তৌরম্বা খন্না চৎখিবদুদা খঙনিংদুনা তৌবনিদা...।"

"ওঝা। করিসু তৌরমদেদা। মপাসু লাক্লমদ্রি। নুমিৎ নীনি মতুংদা থুংলৈ। নহান ওঝানা ঐখোইগীদমক য়াম্না ৱাবিখরে। অদু নত্রদি কয়াত ৱানা লাক্লমগবা? ওঝানা পিরকপা লাইরিক্তু পাব য়াম্না নুংঙাই. ওঝাগী লাইরিক অতৈ অদুসু পানিংঙম্বনি। ওঝানা মৌ থিব লাক্কনি হায়খিবদাই। য়ারবদি খরদি পায়বীরকউ। লমন তোনশিনজগে।"

ৱারি শারিঙৈদা লোক্কনু। অলান্না অর্থদা পুখিবা য়াই হায়নবদু নিংশিংলকখি। খল্লকই -" করেন্নবদি নত্তেকো?"

নোংমগী ৱানি। নুমিৎ অদু শিলচরদা মীফম অমা য়াওরুবদগী হল্লকপনি। ঐগী হঙ্গৎ-হনদা চৎনবা মী মরিগী রিজার্ভেশন তৌই। পৈশা তিংদনা রেলগী পাসতা তৌবনিনা করিসু খল্লুদে। চৎখিবগী খোঙচৎ অদু ইয়ূম মনাক্কী ফেমিলি অমগী মী অনী চৎকদবদা মফম ফংদদুনা ককনাউরম্মী। নিপা অদুগী মমা মচা চৎকদবা ওইবদুদা নুংঙাইরক্ত্রদুনা ঐগী ইথন্তা চৎপা তারক্রবাদুদদি অলেম্বা বার্থ অনী টিটিদা হায়নরগা পিথোকখরে। হল্লকপগী খোঙফমসু ঐগী অতৈ কনা য়াওদ্রবনিনা বার্থ অহুম হেল্লে। ঐগা মীফম য়াওবা চৎমীন্নরুবা ওঝা অমনা ঐগী পাসতুদা মী অহুম লাক্রে খঙবদগী হায়রকই-” ওঝাবু নুপী অমীমক ইনাক্তা লৈরিবসি মরি মতাগীদা চৎলুবদগী হল্লকপনী। মফম অহাংবা অমত্তা ফংখিদরে। ঐগা খঙনবনি। ডিফুগী মানজাদ ময়ুমনি। ওঝাগী পাস অদুদা নম্পা য়ারবদি খর লোইনবিরো। ঐসু নুপীগুক্ত ওইবদুদা হোয় হায়না য়াশিল্লুরে। ফমফম ফংলগনি খন্বদগীরা মখোই অনীমক হঙ্গৎ-হন্দা পংচৎতা চৎতুনা লৈরম্মী । অমুকসু খল্লুরবনি অতোম্পা যাত্রীশিংদুনা ঐগী মী নত্তে খঙনরক্তুনা খুদোংথীবা নংহনদ্রিঙৈ ঙম্মরোই হায়হৌবনা ফরগদরা ? অদুবু থম্মোইনা য়াখিদে।

গাড়ী প্লেস তৌবগা মফম থিদুনা কাখৎলম্মী। বার্থ মরিদা অহুমতা চৎপনিনা মখাগী অনীগা ময়ায়গী অমগা লৌরগা বার্থ অমা সারেন্দার তৌরম্মী। টিটি অদু হরাওজবনা লোইখরে। মদু মাগী মরম্নাইদা তাখিবদুদা। অদুবু রিজার্ভেশনগী কা অদুদা অতৈ অহেন্না কয়ামসু থাংগৎলকখি। ঐগী মখাদা লৌরে। ষ্টেশন মরি মঙা চেনখৎলকপগা অহিংদুদা রেলগারীনা লক্লবা হৌরক্লে। কুফেং-কাফেং তৌন থাংমৈদু মম্বা হৌরক্লে। খুয়াদা নহারোল ময়াং মচা খর লেপ্তুনা ৱারি শারম্মী। মতমদুদা ঐগী ইশুনিপানা পিরকখিবা কলম অদু নিংশিংলকখি। কলম অদু বেটারী ওইনা শিজিন্নবসু য়াই। মদুনা ঐগী পাঙ্গল থোক্লক্ত্রবা মতমদুগী ইতেং পাংলম্মী। ঐনা ঐগী দায়ীত্ব লৌদুনা পুরক্লিবা নুপী অনীদুগী মরমদা খন্না হৌরক্লে। করিগুম্বা ময়াং মচাশিংসিনা ফত্তবা লমচৎ তৌরক্তুনা ঐগী ইজজৎতা অমুবা কালি তৈশিল্লক্রবদি? মদুগীদমক মীৎ অনী উইশিল্লু য়াখিদরে।

কলম অদুগী মৈনম কাপ্লগা অহিংদুদা মঙা তরুক্লক মপান থোক্লবা হোৎনরম্মী। মীৎ অনীসি পোৎথাবা পিদা অতুম্বা মী শারগা হিপতুনা লৈরম্মী। তুম্ননবগী বার্থ লৌবরা হায়ববু মীশিং খাংনবগী লম্বী ইশানা শেমজবগুম থোক্লে। করিগুম্বা থাংমৈ অদুনা চাক্লমবা থোক্লবদি অদুক্কী খন্নগী মথৌ তারমদবনি।

**নুপী অনী অদুদি নুংঙাইনা নাখোদুনা তুম্লম্মী।**
**মখোইনা তুম্বা উরগা থম্মোইনদি হরাওজখি।**

মতমগী য়াওল হোংলক্লে। মীওইবগী শাজং ব্যবহার অমদি সমাজগী মায়থোং। মীওইবগী হিংবগী ফিভমসু হোংলকপগুম তৌরক্লে। ঙরাংগা ঙসিগদা খেৎনবা অমা লাক্লে। অদুম্নামক ওইদুনসু মশা মশাগী ইজজৎ ঙাক্লা চৎনবদি য়াম্না রানা থোক্করক্লি। সীগীদমক খন্নবগী মতম শংনরক্তরে চৎনবীগী ঈরাংনা ঙসিগী চাউখৎলে হায়রিবা সমাজ অসিদা অহোংবা অমা পুরক্লবা হোৎনবদা হান্নগী সমাজবু মঙক মেৎতুনা হাৎনবা হোৎনরক্লি। মখোইনা য়োকখৎলক্লিবা মতমগী মহু কল্লবা লিলহা অদুনা করম্বা মতমদা কনাগী শম্বন লাল্লক্কদবা কনানসু হায়বা ঙস্নদ্রে। পরম্পরাগী মথক্তা লান্দাদুনা শিংনা শান মাংহনলকপগী খুদম উৎলক্লি। ঙায়দুনা লৈনরি অনৌবা য়াওল অমা পুরক্লবা। কনাসু চোংথোক্লক্তে লৈখাদা চিংথরক্লিবা কাংবুদুগা মায়োক য়ানবা। তুমিন্না য়েংদুনা লৈনৈ মশা মশাতবু কন্না ঙমহৌরবদি হায়নদুনা।

মসিনি হৌজিক্কী মতমগী চাওখৎলবা য়াওল। মদু নিংশিংলুরগাময়াং মচাশিংদুবু মবুক তপ্পা মীগুম খন্দোকপা

ঙম্লমদে। অসুম অসুম মশিং হেনগৎলক্কুনা মরি মঙা শুরক্কে।ঐনা থাদোক্লিব মথক্কী বার্থ অদুদা নিপা মচা অনী কাখৎতুনা ফম্লি। অসুমগীসু হাফলংদগীনা মাইবোং য়ৌদ্রিবা ফাউবসি চৎপদা খরদি হঙ্গোইনা খম্নে-নহারোলগী মীৎয়েং থমবদগী।

ফনা কুইনা খিরিকিদগী মৈনম কাপ্পুনা লম্বী য়েংলম্বদগী হিপখিবী মখোই অনীনি। মরক্তা নোং ঙান্হোরকপদগী খরদি নে-না তারম্মী। লামডিংদা গাড়ীদু খম্লবনা কুমথনরগা প্লেটফোর্ম অদু লান্হোকমিন্নরম্মী। মখোইগী গাড়ী লেপ্পুনা লৈরম্মী রাংমদা। থাংগৎপীরম্লগা য়ূমদা চৎলম্মী। য়ুম য়ৌরকপগা চিন-জা শেংদোক্লগা চা থকলে। অদুদগী তুমথখিবদুনা চাক লোইরগা হৌদোরকখি।

ঐনা মীশিংখাংনা শঙখিবা অহিং অদুগী তৌবিমলনা মখোইগী মশাদগী চাহৌ মীনোক অস্মমমতং কেলহন্বা ঙম্বনি খল্লবসু কায়নথংদদি অর্থ লান্না থোক্লক্তুনা করেন্নরিবোই লৌদবা ঙম্লক্তে। অদুম্নামক ওইদুনসু কেল্লকখিবা চাহৌ মীনোক অদু থম্নোইনুংদা চেৎনা লোৎতুনা হায়রকখি –" নপীদু তৈথোকউ। মঙোন্দা হায়য়ু ঐখোইগী ইমুংদা অমুক হন্না চংঙক্কনু...।"

ঐগী হংগৎলম্বা মায় লুকথখিরম্মী।

# হুইরোয়

হুইরোয়গী মপুন্সিদি লোইরিবা মপু অদুগী মথক্তনি। মপুনা তম্বীবগী মতুং জগোয় শায়। পিজবা খরদু চায়। হাওরি হাওতে থিদে নুংঙাইবা নুংঙাইতবা খঙদে। লোকতা কুলহল্লবসু অদুম্মক ব্রায়ামদনা কুম্বা ঙম্মী পুন্সিরোল হায়বগী বাক্য অমা মশাগী ওইনা লৈজদে।

বাছকী হেন্ডিমেন অদুনা হায়রকখি –" ওঝাবু! অদোমগী কুমথফম হায়বদো য়ৌরে। মফমসিদ লৈরিব দোকান অমদা হংবিরগা অদুম চৎপিখিবা য়ারগনি।"

ঐনা পুরকপা ফাইল অদু পায়খৎলগা কুমথরম্মী। মফমদুদা লৈরম্বা মীয়ামশিংদুনা মমিৎ কুপ্তানা য়েংনরকই। খঙদে কনানি হায়না খল্লিগবা ?

ব্রজমনিনা রেলগী থবক্তা চহী তরামঙাচুপ্পা তৌরবগী মতুং অনা লাইকন্নাদুনা ময়ুমদা হল্লকপনি। নুপী অনা থীরুরে। চহী অহুম

শুরকপদা অঙাং উন্নবগী মতম, মমা মচা অনীমক পুন্না চৎমিন্নখিরম্মী তাইবং সংসার থাদোক্তুনা। মতম অদুদগী নুপী অমামুক থিবগী বাখল লৈখিদরে। হন্দক্তি মহাক্কী মমিংসু মতু মচাগী অশিবগী লিষ্ট অদুদা চনাখিবম্লমাল্লে লাইচৎতুদা য়াউখিরম্মী।

মাগী শেন খর ফংনিংঙাই লৈবদুগী মপাগা তান্নবা লাক্লম্বনি। চাবি পান্দুনা থম্লিবা জোৎকী গেট অদুদা চংথোক চংশিন তৌনবা থোঙ মচা অমা ফাৎলম্মী। লিৎথোক্তুনা চংলম্মী। হান্নগী ই-গী য়ুমদো থুগায়খিদুনা বিল্ডিং হৌরম্বনা খঙবা ঙম্লুদরে। মপা ওইরবা ভুবন্না ঐবু উবদা কৌশিল্লম্মী। মতম অমদা মতৌ অসিগুম্না মী থিব লাকপদা অহন অসিগা খঙনখিবনি।

মহাক্কী ফীভমদু উরগা মুন্না য়েংলম্মী। থোইনা অহোংবা লৈরমদে। মী কোন্বা ব্রাহৈশিংদুনা ঐবুসু শুমহৎখিদুনা মানা লিনিংখিবা মপুন্সি ব্রারিদু মতমদুদা পুক্লিং চংনা তাহনখিবনি। অসুম অসুম য়েংলুরগা নীংঙমদবগী মমি অমা তারকখিবা অদুনা ঙসিসু ঐনা কাউবা ঙমদা স্মৃতি অদু নিংশিংবনি।

ব্রজমনিতনি ভুবনগী মচানিপা। মচানুপী অহুম লৈরম্বদা অতোন্বীদো কেন্সারগী লায়নানা লমখাংদগী মুনখিদুনা লাইগী খুয়া তানখরে।

ভুবনগী তালোয় ওইরম্বী মালতী মচিঙ য়াম্না ফৎলমদে। না হায়খ্রবদি নাতৎপনি। মপুরোইবগা খৎনবদ্গী কৌন ঙাংনরমদে। অহন অসিনা শাউবদা হেনজিখিদুনা মালতীগী মখুৎ চাররোই হায়দুনা থোং থাকপা তৌহল্লমদে। নোংমদা চা কয়ারক থকপা মশিং থিবা ঙমদবা অহল অদুনা চা ফাউবা লোনহল্লমদে। অদুন্নদি ওইরগা মালতী অদু য়াম্না খমন চাউরম্মী। অতোপ্পা নুপীগা ৱারি শান্নবা পিরমদে। মপুক্লিংদা খজিক্তং চিংনরখিবদা কুরুক্ষেত্রগী লানফম হেক্তা ওইহল্লকখি। মালতীনা শিরমদাইমক্তদসু মথৱাই অদু অশি তুরেল লান্না ঙমখিনবনি হায়দুনা লাল্লে হায়হল্লগা মপুরোইবদা খুরমহন্নবা হোংনখিবদু ঙম্নদদুনা অদুম্মক তোক্লখ্রবনি। মদুগী শাফু অদু মালতীনা নাগী মথৱাই য়াউদ্রবা মশা, মৈ থারকপা মতমদা ফংলকখি। মৈ চাকউ য়ারক্রুবদা অহন অসিবু ময়াম্না খেমদুনা তেথহল্লীম্মী। মালতীনা লংজখিবা পুন্নামক কোকপিরবনি হায়হল্লগা গঙ্গাজল খিকথহনখি। অদুক কুইবা হন্না ফাউবা য়েংখিদ্রবা অহনদো মমিত্তগী মপি ওরো-ওরো শিন্থরগা মখোল থোক্লা কপ্লকখি । নীংঙমদবগী মৈরিনা লামখিদুনা মথম্মোইদু থুম্না চাকখিরম্মী। খল্লুবদা তু চুংঙকখি।

অহন অদুনা চাক চামিন্নখিসি খান্নকই। ঐদি তন্না হন্দবা য়াদবনিনা অয়াব পিবা ঙন্নমদে। মঙোন্দা খুরম্নগা তপ্না তপ্না থোক্লকখিরম্মী। গেট লান্ধোক্লগা হন্নামুক য়েংলুবদা অহন অদুনা মমিৎ কুপ্তা য়েংলগা মপী তৈথোক্লম্বদু উরকখি। মায়কৈ শলায় খঙদবা নুংশইৎনা খুৎ শন্নগা মফম অদু লান্থোকপীরম্বদু খঙহৌদরে।

মীওইবনা বানা তান্নরিবালন অদু মতু-মচা অমদি মমা-মপাগীদমকনি। মখোইনা নুংঙাইনা লৈরগা পেনজবা তাইবং মপোকনি। অদুবু ভুবনগীদি কদাই ? মতু অমদি মচাপিনা অনীমক লৈখিদরে। থাজখ্রবী মচানুপী অনীদুত মঙায়রে। মচানুপী য়াইমাবীদু খর লাইরবনা মতৈ-মনাউ, মচাগী কোন্ননা পুশিল্লক্তুনা লৈমিন্নরি। মশুশিংদুনা মাগী হিংবগী পাম্বৈ ওইরি।

তুংলোমদগী অহন অদুনা কৌরকপাদগী হন্না য়েংথোক্লুই। মখুৎতা ঐগী রুমাল তাহৌবদু পায়রগা নোমহৌ নোমহৌ লাক্লম্মী। খুৎ তিংথোক্তুনা লৌগে তৌরকপদা হায়রকখি-” বাবু মতম শংকপদা অমুক্কা লাক্লমখো। হাওরসু হাওত্রসু চাক চরা অমদি ফম্মীন্নদুনা চামিন্নসি। ঐগী কনা লৈজদ্রে। নখোইসিনা ইচা পাক্লগা অবাবা পৎথোক্তুনা হিংবা ঙম্লবনি। বারৌগ নু শোইদনা লাকউকা।”

মখোইগী লোইজবা হুইরোয় অদুনা মাং থারগা মমৈ হায়র হায়রদুনা চৎলিবদু ঐবু থিন্দোক্লিবোয় খল্লুরে। সোরোক কাখৎপগা বাছ লাক্তুনা খাম্লগা তোংখৎলমই। হুইরোয় অদুনা অহন অদুগী মনাক্তা মঙক থাংগৎতুনা কুল্লগা মঙক হায়র হায়রদুনা বিদায় পিরকখি। বিছনা চেনখৎখিবগা অসুম অসুম উবা ফংলকখিদরে। ঐখোইগী লোয়রম্বদগী শিখিব হুইরোয় অদুম্মক ওইরবোই খল্লুরগা পীরাং চদুম অমা কেল্লকখিবদু থিংবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈরকখিদে।

-X -

# থাজবা থম্বা ফয়

নিংথমথাগী ফুঙ্গাদা মৈ তিকপসে ঐখোই ইমুংগী হৈনবী ওইরম্মী। উক্রোং অকঙবা অমা চুখৎলগা কোয়না ফম্মীন্নদুনা মৈশা লাংনৈ। ইবেম্মৌদা মেমচানা রারি লিননবা ঙঙবদগী নোংমগী রারি অমদি শোইদনা তাহল্লম্মী । মেমচানা অঙাং অতোম্বীনি । চহী অনীতা শুরি । ইমাদা য়েংকনি হায়দুনা অবোক্না মতম্বাক্তা পল্লগা মৈ তিক্লি। নুংাতিগী নুংথিল তুম্বদুসু ৬াশাদি তুমহৌদে। ইমানা চাক থোংনা-থোংনা ঐখোইগী ইত্তৌ য়েংলম্মী। অঙাংশিং অদুসু শাহীরিক পাবা লোইশিল্লগা মৈ তিক্ক - তিক্কা রারি তাম্নরম্মী। অবোকনা মখুাং য়ায়না য়ায়না লিরগদৌরিবা রারি অদু মমায় উদ্রদি নুংঙাইতে হায়রকপদগী মমাং ওম্থাকহল্লগা ফমহল্লম্মী।

অবোক্না হায়রকই -" অঙাংশা ? ঐনা রারি লিরিঙেদা অতুম্বা মী য়াওরক্লবদি ঐদি হেক্তা তোকথোক্কনি। কনা অমতা উইবা য়ারোই।"

ৱারি লিবা হৌরম্মী -

মমাংঙৈদা হায়রং কৌবা নিপা অমা খুন অসিদা লৈরম্মী । হায়রং হায়রং চৎলি হায়দুনা ময়াম্না লক্করম্মদকী অদুম্মক কৌনখিবনি।মাগী অশেংবা মমিংদি বিধু কৌই।মহাক অসি য়াম্না লাইররম্মী।বালাদেশকী পাঙল লাল হৌরকখিবদুদা মমা-মপা ,মচিন -মনাও লোইনা মমাংমক্তদা চিংথোক্লগা মথৱাই লৌখিবনি ।ওন্থোক্লা ৱানা শেমগৎচরকপা সংসার অদু মফম খঙদা কাংখোঙ চায়রক্তুনা মাং-তাকহনখি।লৈজরম্বা খরদু লংথোক্লম্লগা মতৈ-মনাওগী মথৱাই অদুতা পুরগা লানজেনদা য়াওরকখিবনি। অদুসু নোংমা অহিং অথেংবদা পাঙল মচা খরদা পৈশা পিরগা লম্থোকহল্লকখিবনি ভারততা।

য়ুমদোনপোক্তা মপুগী লম শঙবা ওইনা চরুখোক্লা কুপ্লগা লৈরকপনি হায়রং । মচা অনী নাউরোন তারক্তুনা মাগী অনৌবা সংসারসিদা মী মরি শুরে লৈমিন্নরিবা ।ঙসিগী ঙসি হয়েংগী হয়েং শুরগা মবুকচাক পুদুনা লৈজবনি। ওইগী লমদাং ওইরিবী কবোক্লৈনা লৈকায়দা চৎলগা মীগী থবক নোমবী ।অদুগা হায়রংনা নুংতিগী শোংলবা জঙ্গলগীমরক্তা লৈব ফোর্মাবিল কৌব পাৎ অদুদা খোয় চোম্পা চৎলি । ফারকপা খরদু লৈকায়গী মীনা অদুম্মক লৌনখি। হান্নমা হল্লকপা ঙায়নরম্বা ঙাক্তনি।

চেং -হল্লাই, থাউ-থুম লৈবা ওক্তবদগী অদুক ল্লানা ফারক্লিবা ঙাদু মশরুক থুংদে। মতু-মচাগী মবুক থল্লরোই খন্নদা মশা নুংঙাইতে হায়শিন্নরগা চাদনা তোকথোকপা য়াউই।ঙসিদি মচানিপা অতোম্বদুনা ঙা চান্নিংই হায়বদগী অদুক্কী মথল্লাই য়াওনা ঙা ফাব চৎপনি। অদুবু সামুনা তানখায়রক্তুনা ঙা অমতা পুদনা হল্লক্লম্মী।

শাউনিংমনখিদুনা সামুদা য়ান্না থিনা চৈরম্মী।নুমিৎ অদু কবোকলৈসু মশা নুংঙাইতে হায়দুনা থবক শুব চৎলমদে । চেংফুদগী চিরগা চেং মুৎ অমা লৈরম্বদুনা চৌরি হৌবিরগা মচা অনীদু পিজদুনা তুমহল্লম্মী। মহাকসু ফমুংদা হিপ্তুনা লৈরম্মী ।

হায়রংনা ময়ুমদা হল্লকপদা সন্ধ্যা মতুং পুং নিপাল তারম্মে।লম্বীনগা শাংবগা ঙসিদি চৎলিমখে য়ৌব নাইখিদে । মাঙ্গোলদা থাংমৈ থাল্লমদে। ইমুংদা মুশি-মুশি চাক্লি দোশী পিক্লা লৈথরবা থাংমৈ অমা । হায়রংনা ইমুংদু মী লৈতবগুম ইচিক চিক্ল উবদুদা কৌরকই-" কবোকলে! তুল্লবরা? থাংমৈ পুথোুরকউদনা ? ঙসিদি সামুনা তানখায়রকপদগী ঙা অমতা ফাদবমখে হল্লক্লবনি। চৎখিবা ঙায়বদা থেংদোকখিবনি । নত্রদি ঙসাইনা হল্লক্লগদবা? শাউনিংমনখিদুনা অঙক্মমখে চৈরল্লবনি। অঙাংশিংদি তুমখ্রবরা ?"

কবোকলৈনা খুমককই -” নচানিপা অতোম্বদুনা তুমদবমখৈ ঙায়রম্বনি। পাবুং লাক্লগা ঙাগ চাক চাগনি হায়দুনা।ঐসু হকচাং ঙমদবদগী থবক শুব চৎতে। চেং খর চেংফুদা তারম্বদুনা চৌরি হৌরগা পিজদুনা থেম্লগা তুমহনখ্রবনি।নাকথদা খুদৈ অচোৎপা য়াল্লিবনি ।ঈশিংনা য়েনখাগী বাল্টিদা য়াউরিবনি।

হায়রংনা লৈরম্বা ঈশিং খরদুনা লুজথোক্লে । থবক চৎতে হায়বদুদা চাক থোংনিংঙাই চেং লৈরম্মোই খঙবনা চাক্কী ব্রা অমুক হৌদোক্লমদে। মফি হোংদোক্লগা হিপ্পা চংনা চংনা মখুৎনা লামদুনা কবোকলৈগী মরাইবক্তু শাবরা য়েংলকই।

কবোকলৈনা হায়রকই -” তুমথনবা হোৎনরো। নোংঙান্নগা থবক চৎলগা চাক থোংননবা হোৎনরগে। অরুম হৌব নত্তেদা। কোক অসে ঙাউরি ঙাউরি তৌবদুদা লেংনিংদদুনা তৌবনি।

নুপী-ওইবীনা লৈরম্লিবা ফিভম অদু উরকপদা মমোন নুংঙাইরক্তদুনা নোংজাই মতুং ওইরক্লবা মক্তদা তুম্বা য়াদনা চিন্তা তৌদুনা লৈরম্মী। তানজা অদুমক্তদা মনিংলোমদগী সামু খোংবা তারকই। হায়রংনা কবোকলৈদা খুজিম্না শিক্লগা তুমিন্না হৌদোরকই। ময়াম্না সামু লাকপগী লাংনরিবদু তাবরা হংলকই।

অসুম নকশিল্লক্তুনা ইংখোলগী লফু চাবা হৌরকখি।

ঙসাইদ্গী মনা থাংগৎতুনা তারক্লিবী কবোকলৈনা হায়রকখি-"

সামু হায়বসিদি লাইনি। দেশা মফমদা লৈরবসু মাবু খিনা ঙাংনরবদি নুমিদাং চৎতুনা লমন খুম্মী হায়নরিবনি। নঙনা লাল্লুদুনা তৌরিবা নত্তরা? করিগী চৈরুরিবনো। অসুমগীসু মথন্নাই পান্নগী মীন্না ঙাঙনদবা ফয় হায়নবদু কাউরবরা? লাল্লে হায়দুনা খুরমজৌ। মরাইনা চৎচখিনি। ঐখোইগী করিবু লৈ হায়দুনা য়েংশিল্লক্কদৌরিবনো?"

হায়নরিঙৈ সামুদো অতোপ্পা মফমদা থৈদুনা চৎখিরম্মী। লাক্লম্মে হায়বদুদি খঙহল্লম্মেদনা ইশুশা। নুমিৎ অদুদগীদি হায়রংসু জঙ্গল চৎলমদাই লাপ্পা খুরম্লগা চৎলিদো। অদুনা ঐখোইনা মতম খুদিংমক্তা ঈশ্বর মাবু থাজবা থম্বা ফয়। তাথি-তাওই খক তৌরোইদবনি।

মেমচান অবোক্কী তম্পাক্তা তুম্লম্বা উবদুদা ইমা কৌরগা ফমুংদা শুমহল্লম্মী...।

- X -

# খোঙচং অমা

তারমদাই নুমিৎকী ঙাংগ্রানবা মচুনা কেকুৎলোৎপী শান্নরকই- কাহেলিপারা। নুংশাম্বোর মপী ফুইনা হোল্লগা রাংলবা নরকাসুর চীংথক লান্দুনা মমা মশা ঙমদবগী পাও পিবা লাক্লম্বনি। অদুবু মফম অমদা চৎখি হায়দুনা ট্রেইনিং কেম্প অদুদা রোহন লৈরমদে। তম্না অদুম হন্বা তারম্মী। থোক্লমদাইগী রেজিষ্টারদা চহী তৌরিঙৈ চিত্রবন ষ্টুডিওনা ঈকায়খুন্নরকই চীঙখাদ্গী। রাজধানীগী প্রেতাত্মান মখুৎ হৎল কৌরকই--" অদুক রান লাকাথোক্ত লাক্লম্লগা করিগী উন্নরমদা হনগনি। চংলকখো লাও। নুংশি রারি শামিন্নখিসি।

চীংথক্তগী য়েংথরুই তমদা। গৌহাটী সহরনা শান্নরিবদু মীৎত শং-শং উরকই। হকচাংগী ঈরমগুম্না সহরগী য়াংলেন শরুদা চেন্থখি ব্রক্ষ্মপুত্রনা মনিং মখা তম্না। বশিষ্টাশ্রম, নবগ্রহ,শুক্লেশ্বর, নীলাচলনা পারিপুরি থিরগা থেম্লকখি - অঙম্বা কৎলমখো।

ঙহাক্কী মতুং সন্ধ্যা য়াচংলকই। অঙান্নবু অমস্বনা লোৎশিল্লকখি। সনা-লুপানা পামফেল লঙবগুম ইলেকট্রিক লাইট চাক্লকখি। অশঙবা-অঙাঙবা মচু কয়াগী ফনেক খোয়দোং থোংলিবী নিঙোল মচানা থাবলচোংবী শান্নবগুম্না কুফেং-কাফেৎ ঙাল্লকখি। ট্রাক বাছকী মখোলনা বাজনা য়েবগুম নিল খোংলি। ককচেং চৎপগুম চৎলি মী ময়াম।

খল্লকই-" হে প্রকৃতি! নঙগী ফজবা শকলোন্দু তাইবঙ খুৎশেন্না চাংদম্নগদ্বী শিংনা শানা মাংহল্লবোই? সৃষ্টিগী অনৌবা রূপ লৌখ্রবোয় শিঙনরুদুনা কান্নদে খঙবনা? অমগী শেমগৎপা তারবদি অমগী মাংহন্দবা য়াদবদু- হে শকলোন নাইবী নংঙোন্দসু থোক্লবোয়....?

ৱাখলনা চম্থম্নরিঙৈ করম্বা মতমদা কাহেলিপারা থাদোক্লস্বা হায়বা ঙমহৌদরে। বীরুবাড়ীদা লৈবা ইচলনুপী উর্ম্মিলাগী ময়ুমদা চংলম্মী। থোঙ্গাল কানশিনগে তৌবগা ইচলনুপী অদুনা হান্না উরম্বনা ঐবু ওকপা চেন্হোরকই। ইখুরা অতোন্নগী মচানুপীনি। ঐনা লাপ্না লৈখিবনা উন্নরবা ঙমদে। ঙসিদি লম্বীনি। উন্নরমদ্রগা শাওখ্নি খন্দুনা চংলম্বনি।

উর্ম্মিলা অঙাং তরামাথোয়গী মমানি। মচানিপা নিপাল অমসুং নিঙোল অহুমনি। মচানিপা অহুম নুপী থীরে। লোইনা পুন্না লৈমিন্নরি। অতৈদুনা লাইরিক তম্নরি। নিপা অনী

সিপাই খল্লি। মচানিপা অহন অদুগী হাক্তক্তগী খুল্লক থাদোক্লল্লগা গৌহাটীদা য়ুম ভাড়া লৌদুনা লৈবনি। অহনদুগী মশুনিপা অনী ফংলে। ঐনা চংখিবদা কয়াগী হরাওজখি উর্মিলানা। নোয়খ্নবা মশাদুনা ৱারসু ৱাশিন্নদা মমায় মমিৎ হুমাংনা চোৎ কোয়নোম নোমদুনা চান থক্লবা থৌরাং তৌই।

মমৌশিংদুনা হোৎনরিবদু থানরমদে। মৌ অহন্দুনা খুদৈ পিদুনা ফী হোংহল্লস্মী। তন-বোড়া হৌহল্লগা চা অশাবদুগা চানবা পিরকই।

অৱা নুংঙাইগী ৱারি শারিঙৈ নুমিদাং পূং নিপাল তারস্মী। ঐনা মাগীদা খোঙদারক্তবগী মরম ওইদুনা মমীৎতগী মপী শিন্হর কপখৎলকই। মাগীনি হায়বা কনা লৈজদরে ৱারৌই।

নুমিদাং চাক চান্নবগী তাংফম য়ৌরক্লদুনা কাংশি য়ৈবগী মখোল চাকখুমলোমদগী তারকই। ইনাক্তা ফম্লগা ৱারি শারল্লিবী উর্মিলান হায়রকই-" তামোচা! করি তৌবগী কাংশি মখোলনো খঙলবরা ? ঐখোইগী ইমুং অসিনদি মী ময়াম পুন্না চাবনিনা কৌনবগী মথৌ তাদনবা কাংশি থল্লিবনি। কাংশি য়ৈরক্লবদি চাক থোংব লোইরে চারবা য়ারগনি কৌখৎলকপনি হায়বা লোইনামক্লা খঙনৈ। মথং মথং চংলক্কুনা ডাইনিং টেবুলদা মাগী মাগী মফম লৌনৈ। শোইদনবা থৌরাং তৌই। মাগী মাগী কা শেমদুনা তোঙান তোঙান লৈনরিবা ময়ামদু চামিন্ননবা হোৎলৈ।

অসিতা নত্তে তামোচা! য়ুমসিদা করিনো অমা তৌরে হায়দুনা কৌনবগী মথৌ তাদে। কোলিং বেল খিংলগা লোইরে। ছুইস মেৎপগা দশ অবতারগী ঈশৈ হেক্তা শক্লক্কনি। মদু তাবগা মফম অমদা ময়ামসে পুন্নবা হোৎনৈ।

নহানগী ব্বানি। হুরান্বা চংলকপগী নাশোন ফংলকপদা হান্ন খঙলকপা মী অদুনা কোলিং বেলগী সুইস মেৎলগা খঙহল্লকই- য়ুম অসিদা করিনো অমা তৌরে ময়াম পুন্নগী মথৌনি। অসুন্না চৎথরকপদ্গী কৌনবগী মথৌ তাদে। ময়াম লৈবগী লাও-খোংবা তৌদে। ঐদি ব্বারিদা মুনখিদুনা চাক চাবগী কৌরক্লিবদু কাউথোক্লুরে। তামোচা! হৌগৎলো শারিঙৈদা চাক হান্ন চাথোক্লুখিসি।" হৌগৎতুনা চংলম্মী।

চাক চাব তৌক্লগা ব্বা মতপ অমা চারিঙৈ চৎনবগী মতম য়ৌরে হায়দুনা মচা নিপা থারগা রিক্সা অমা লৌহল্লুই। য়েংনহৌরিবা ময়ামদুবু থনম্লগা রেল ষ্টেশন তান্না চৎলম্মী। রাখলনা শাগৎলক্লিবা খোঙচৎ অদুগী মক্তবা শক্তম অদু ঙসিসু কাউবা ঙমদ মীৎত শং-শং উদুনা অদুম্মক লৈরকলি।

# লৈচীল্লক্কী থাজ

লালাদ্দী গৌহাটী চৎপা নাইট সুপারদা টিকেট অমা নুমিৎ হুমনি মমাংদা অঙাং অমা থাদুনা লৌহল্লুবনি। খিরিকি মপানদা ফম্বা পাল্লম্বদু ফংলম্মী। অদুবু তোংখৎতুনা চৎকে তৌরকপা মতমদদি ঐগী মফমদুদা লৈশাবী মচা অমা ফমদুনা লৈরমলে। ঐনা মনাক্তা লেপতুনা লৈবা উবদুদা মহাক্না হায়রকখি –" তামো! ঐদি য়াম্না ওগল্লি। খিরিকি মপালসিদা ঐ ফল্লগে তামোনা ব্রারৌবিদ্রবদি....?"

মাগী মতৌদুদা করিসু হায়বা ঙল্লুদ্রে। ঐনা হংলম্মী–" অদোমবু কদাইদা চৎপিগদবনো?"

" গৌহাটীদনি " – খুল্লকখি ।

ঐনা ব্রায়ামদনা ফমথবদুদা মহাক্না হরাওজরম্মী। মনম নুংশিখ্রবা পারফিউমনা মশাদ্গী ব্রা-ব্রা ফুদোরকখি। মনমদুনা ঐগী থম্মোই মখুৎ চনখিবগুম তৌরম্মী। মহাকসু মথোৎ

কারকপগী অঙাওবা নুংশিংনা কদাইদনো পুদুনা থমখিবগুম তৌরকখি। মদু মানা ফোংদোক্তুবসু মাগী মওং মতৌদুদগী খঙবা ঙম্লকখিবনি। ঙহাক লৈতনা মফী শেম্মী। মাগী ইনফীদু মশাগী মফমদুদা তঙ তানা লৈয়ু খক য়ারমদে। মানা ফী শেমজিন্না খুদিংগী ঐঙোন্দা য়েংলকপাদুদা খঙহৌবনি। মাগী মায়থোংদগী লোৎপা ঙমদনা ফুদোরকখি খোয়রুম মীনোক। খল্লকখি – মহাক্না চরাঙননা খাঙলিবসি নুংশিবগী লংজিন থীবা হায়বদু ওইরিগদরা....?

ঙহাক লৈরগা নুপী মচা অদুনা অচিকপা থুগাইরদুনা হায়রকই - "তামো! নুংঙাইরক্লগা হায়বীরকউ। ফমফমসি অমুক ওন্থোক্লনবা।"

ঐগী পাউখুমদু জারক্তা ঙঙলম্মী। ঐখোই অনীমক হৌজিক ফাউবা নীংথিনা শক খঙনদ্রি। অদুনা অমুক্কামুক হান্নগুম ব্রা ঙাঙনদা মাগী মাগী মফমদা তুমিন্না ফমদুনা লৈনরম্মী।

পাখং মচা খরনা মমিং মথা চেজেংতা খোংচিল্লগা মোবাইল ফোনগী নম্বর পিনবদুসু ঐদি হৈনদে । অদুনসু অচিকপগী লাইরেন্বীনা থোইনা খুদুম চম্বা ঙমখিবনি । গাড়ী অদু অসুম অসুম কন্না চেনখৎলকপদা শম্লাংখরদু চোয়জাইননা তাইল্লকই।

অমুকসু ঐগী ইমায়দা অচোইবা শম্লাংশিংদুনা নান্নীরকই ; মকোক্তা তৈরিবা মনম নুংশিখ্ববা আতঁর অদুনা পূক্লীংবু লৈতাহনখিদে।

লম্বী মপানদা লেপতুনা ইতৌ য়েংহৌই রোড লাইটশিংদু। করিসু পাও তম্বা ঙমদ্রবনা মমায় লুকথরগা স্বাগত তৌহৌই।

ঐনা ঐগী ফমফমদু খরগা নমথরগা শাংনা হকচাং তিংথোক্লু ই। মহাকসু ঐগী অদুগুম্না খর নমথবীয়ু হায়রকখি। খূৎ য়েৎনা লাম্লগা নমথগে তৌবদুদা মশাদা থেংলম্বী। মশাদু নুংঙাইরক্তুনা তৌরিগদ্রা খঙদে খরগা কোমথোরক্তুনা ঐগী হকচাংসিবু মঙোন্দা শৌহল্লগা শেম্নবা খুদোংচাবা পীরকই । মশাদু কয়াগী থোৎলি। লশিং মফোলগুম তমোন তমোল্লি।

ঙাথরম্বন্দী উইথরক্লে। খিরিকীগী থোঙ থিংজিল্লকখি। ঙহাক লৈরক্লগদি ঐগী লেংবান্দা মোনথাংনরক্লে। মতমদুদা লম্বী অদু য়াম্না থেক্লম্বনা গাড়ী অদু খংলৈ লৈশিম্নবা হোৎনরকপদা ঐগী পাম্বোম অনীগী কারক্তা মশাপুম্বা থুপ্লকই। মশাদ পক্লিবা মফি মরোল অদুসু মহাক্কা লৈমিম্ননিংদবগুম তৌরকই। মঙোন্দী চোংথোরক্তুনা ঐঙোন্দা কুপশিল্লগা কেকুলোৎপী শাম্নরকই।

অদুবু মহাক্তি ফিভম অদু য়ৌরবমক্তদা মশাদু লোইশিনগনি খল্লমদে।

খল্লকই –.. নুপী মচা মহাক্লা করিগী মথন্তা অহিংগী গাড়ীদা চৎলিগবা.. হান্নসু অসুম তৌনা অদুম্মক চৎলমগদরা....?

অদুবু হংবা ঙম্লমদে। তুম্লিবদু হৌদোক্কনি খল্লমদে।

মপান থোক্লবগী গাড়ী লেপ্লিঙৈ ড্রাইভারনা মনুংগী থাংমৈ কাপ্লকই। লোইনা কান্নরক্লবা মতুং কনডাক্তরনা ঐখোই অনীবু মুন্না য়েংলম্লগা থোঙ লোনশিনখি। গাড়ী থাগৎলকপগা মনুংদা চাক্লিবা থাংমৈ মুথৎলকই। নিংশিংলকখি নহান নোংমগী খোঙচৎতু -

শিলচর মডার্ন হাইস্কুলদা মনিপুরী শ্রোত ষ্টোরী সোসাইটি ইন্ডিয়ানা শিন লাংবা ৱারি মচা পাবগী থৌরম অমা য়াওবা চৎপনি। ডেলিগেটশিংদু মিশনগী গেষ্ট হাইসতা থম্লকই। হোজাই, গৌহাটী, ত্রিপুরা, জাফিরবোন, মেঘালয়, মিজোরাম অমদি মনিপুরদগী লাকখিবা ওঝাশিংনি। নুপী কাংবুসু য়াওনরকই। ৱারিমচা পাব মীগী মশিং নিফু নিপাল শুরম্মী। পাব লোইরকপদা নুমিদাংগী পূং মাপন মখায় তারম্মী। নোংঙাল্লগদি অয়ুক্কী চাকলেন মফমদুগী ওঝা অমগীদা নিমন্ত্রণনি। অদুদগী নুংথিল ওইরপ্পা য়াফিরবোন্দা অনৌবা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদকী চহীগী মীফম য়াওরুগদৌরিবনি।

গোগ্রাম অদু মথং মথং অদুম্মক শমদথরে।

চাক চাব তোক্লগা সুমো গাড়ী অমদা চৎমিন্নরম্মী। কবিনা কবিতা ঙঙ্বা, ঈশৈ শকপীনা ঈশৈ ঙঙ্বা হায়বসি হৌনশানি। ঐখোইগী মরক্তুদা ঈশৈ শকপী অমা য়াওরম্বদুনা মথন্তনা মশাবু শক তাকথোকচরকই।

গাড়ী থাগৎপগা ঈশৈ শকপা হৌরকখি। অহৌবমক্তদা থল্লকই ল্ললৈচীল্লক্কী থাজওল্ল হায়বা নুংশিখ্রবা ঈশৈদুনা। অদুদগী মথং মথং অসুম শমদখিদুনা হাইলাকান্দি য়ৌগে তৌরকপদা, ওঝা অমনা ওরকপদগী গাড়ী লেপহল্লগা ফমফমদু ওন্হোক - ওনশিন তৌরম্মী।

গাড়ী অমুক চেনখৎলি। ল্লচিতা থক্কী কুন্দো পরেংল্ল হায়বা ঈশৈদু শকপা হৌগৎলকপদা থোকখিবা থৌদোকনি। নীংঙমদবা হায়ববু ঈশৈদু শকপা লোইহৌদবা অদুনি। অল্রাবা খঙদনা চৎলম্বাদুগী ক্লাইমেক্স অদু লাম্বা ফংলক্তবনা ঈশৈ শকপা লেপখি। অচিকপা শল্লকখি। পামজখ্রবা ঈশৈ ঙ্রক্তনি মথং মথং সুর পানখিবদু।

খল্লকই - ঙসিগী থোঙচৎ অসিদসু নহানগী ঈশৈ শকপী অদুগুম্বী নুপী অমতনা ঈশৈগী সুর পান্নীরক্লবদি কয়াগী নুংঙাইরমগবা? অদুম্না খল্লিঙৈ গাড়ী অদু লেপ্লকই। কন্ডাক্টরনা

লাওরকই -.. কনাগুম্বনা চানিং - থক্লিংবা লৈরবদি কুমথদুনা চাবিহৌরো। পূঙখায় অমা লেপচগনি।

মথং মথং কুমথনখিদুনা মনাক্তা লৈরিবা হোটেল অদুদা চঙলগা চান্নরম্মী। ঐদি পুকসে নুংঙাইরক্তব্দগী কুমথরুদরে। নুপী মচা অদুসু মীকপ থোক্লক্তুনা কুমথখিরম্মী। কদাইদা চারিবদি খঙদে। হোটেলদা চঙদুনা চাখিবদু ঐদি উহৌদে।

গাড়ী থাব মতম য়ৌরক্লদুনা কণ্ডাক্টরনা মী মশিং থিবা হৌরকই। শুরে হায়রগা ড্রাইভারদা থাননবগী ইঙ্গিত তৌই। ঐগী ইনাক্তা ফম্লম্বী নুপী মচা অদু কাখৎলক্তবদুদা ঐনা হায়রুই - মী অমা শ্রাংলি। ঙহাক্তগা ঙায়বীগদ্রা..

কণ্ডাক্টরনা খুম্লকখি - ল্লমফমদুদা ফম্লম্বা নুপী মচা অদুদি লাক্লরোই। মশাদা খুৎলাই য়াওরম্বদগী থানাদা থামদুনা থমহৌরে। মনুংগী মীনি হায়হৌই।ল্ল গাড়ী থাগৎনবা হোৎনবম্মী। খিরিকি হাংদোক্লুবদা উরকখি

- তরা হুমদোইনি কোন্নগী থাজনা লৈচীল্লক্তা কেকুলোৎপী শল্লরম্বা। মশাক ফজখ্রবী তথোৎ তথোৎ মকা লামজরিবী মহাক অদুগী খল্লুরগা নুংঙাইরক্তুম্বদগী তুং হন্না চেপথরগা য়েংলম্মী ঐবু কৌরক্লিগদ্রা থন্দুনা....।

47862

# অইবগী ফোংখ্রবা লাইরিকশিং—

## মণিপুরী কবিতাঃ-

১। বাখল মৈরা
২। পুন্সী ঈবা
৩। ওমচারুবা মৈথু
৪। নঙ লৈ ওইষু
৫। লাই ফদিবী
৬ চীংমিম্নবগী নুংঙাইবা ঈশৈ
৭ ঈশৈ ঈচাউবা

## মণিপুরী বাবিমচা ঃ-

৮ পৃথিবী নঙসু চৌংঙু
৯ মঙগী চিবাঙ তাম্নাবঙে
১০। লৈচীন নোংফাইবগা
১১ অমঙবা নাং
১২ চাযদোকপীন ঈবাগাউ
১৩ নিশি কিতাদনা বুদ্দো পবে

## মণিপুরী উপন্যাস ঃ

১৪ মালবীকা
১৫ খোখবা মংলানগী মাংঙ

## বাংলা কবিতাঃ

১৬। অভিশপ্ত পৃথিবী
১৭ এই আকাশ এই পৃথিবী
১৮ একটি ছোট নদীর ধারে
১৯। শেষ পশ্ন
২০। ভোরের কুযাশা

## অসমীয়া লোনগী বাবিমচা ঃ

২১। সক্রিয়া যেতিয়া নামে

## থাম্মনা ফংখ্রবা সন্মান / রালেপ্পা / মনাঃ

১ ১৯৮৫ ইং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ লক্ষা
২ ২০০০ ইং বিষ্ণু জ্যোতি সোরবদি সমিতি লামডিং।
সদো নগাঁও জিলা ছাত্র সংস্থা
লামডিং অন্ধ লিব ছাত্র সংস্থা
৩। ১৯৮৯ ইং এল চুড়া মেমোরিয়াল গোল্ড মেডেল নগাঁও কিলা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ আসাম
৪ ১৯৯৫ ইং থাইদেম নিংথো আম্বিকেশ বেস এবার্ড মণিপুরী লিটারেরী সসাইটি শিলচর আসাম
৫ ২০০১ ইং লিটারেরী এবার্ড অসম সরকার
৬। ২০০৮ ইং বাবা সাহেব ডঃ অম্বেদকর ফেলোশিপ এবার্ড দলিত সাহিত্য একাডেমী দিল্লী
৭। ১৯৯৫ ইং সাহিত্য ভূষণ উপাধি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ আসাম।
৮। ২০০৮ ইং 'সাহিত্য ভূষণ' উপাধি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল।
৯। ১৯৯৫ ইং আসাম অমসুং মেঘালয়গী ওইনা বাংলা কবিতা কুনখন চাবগী চাংযেংদা অথোইবা মনা পূর্ব্বাশা সাহিত্য গোষ্ঠী গৌহাটী।